কোংজবী :—

অইবা মশামক

অনিশুবা থুংনম :— ১৯৮৪

কোপী ২,২০০




নম্ফম : এস: আই: প্রিন্টিং ৱার্কস
শিংজমৈ মৱাংথেম লৈরক ।

# THE ALL-INDIA BOY SCOUTS ASSOCIATION

## GENERAL HEADQUARTERS

Chief Scout for India : Nawab Sir Muhammad Ahmad
Said Khan of Chhatari ( Ex Governar of U. P. )
Chief Commisstioner for India :
Hon'ble Chief Justisce Mr. Vyas Dev Misra

7 Mathura Road Jangpura-B
New Delhi-110014
October 1, 1981

I am glad to know that our energstic State Organising Commissioner for Manipur, Mr. L. Chaoba Singh has written a book on Cubbing in Manipuri wchich will be published soon.

"Cubbing" is the foundation and so it is essential that our Cubs must be well trained so that on becoming Scouts they may do full justice to the movement and richly add to the success of Scouting. I am confident that the book written by Mr. Chaoba Singh will go a long way to help our Cubs and the Cub-masters, I wish the publication all success.

( S.H.A. Jaffri )
General Secretary for India and
National Organising Commissioner

DEPUTY CHIEF MINISTER
Manipur

(FINANCE, REVENUE
& LSG) Imphal

The 16th October, 1981

# MESSAGE

I am glad to learn that L. Chaoba Singh' State Organisising Commissioner ( Scout ) of the Manipur State Scout Union, Singjamei, Imphal is going to publish a book entitled 'WOLF CUB' in Manipuri for the first time.

I hope that the book will be very helpful to the young boys in forming their character and discipline for becoming a good citizen in future,

I wish the venture all success.

( I. TOMPOK SINGH. )

# ৱাহৌদোক

উলফ কব ( কব স্কাউট ) হায়বা লাইরিক মচা অসি চহী ৭ ত্তগী ১১ শুবা সুপামচাশিংনা মখোইগী মতু'গী লাম্হৈংনবা ঙম্নবা, মমাংগী মীয়োল কয়াগী লাইরিক লাইশুদগী লৌথোক্লুনা ইজবনি।

উলফ কব (Wolf cub) অয়াম্বনা কব স্কাউট হায়না খংনয়বা অসি নৌরিবা সুপামচাশিংনা মতিকচানা বোয় স্কাউট (Boy Scout ) ওইবা চহী নৌরিবশিং খংনৈ। সুপামচাশিংনা কব স্কাউটকী রাশক নিংথিজনা ঙাক্লুনা চৎচগনি অমসুং মসিগী অহানবা চাংয়েংশিং অদু পাংথোক্লবা মতমদা মহাক্না কব স্কাউট অমা হেক্তা ওইবা য়াই।

কব স্কাউটতি থৌনাফবা অমসুং অকনবা সুপামচানি, মহাক্না মথৌদাং পা'থে ক্লবা হোৎনয়দা মথরাই কাওবা থাদোকপদা নাচুংদে। মহাক্না থংজিন খোৎচিন্নবা য'ম্ন হোৎনি অমসুং থিজিনজৈ। মহাক্না অমুক্তা চৎত্রিবা লৈবাক্কুম্ব অহিং সু'থিল থ্বাইদনা লম্বী পুথোক্লবা হোৎনৈ। মানা মশাবু য়ে'শিনজৈ, মৈ থাগৎতুনা অহাংবা মফমদা চান—থক্লবা খোং—থাকচৈ, মী অমসুং শাগী খোঙ্গুল লিবা ঙমই। মহাক্তি সুপী অঙা শিংদা থৌজানহৈ অমসুং মথক্কখোংবাশিংনা পীবীবা ময়াথং থক হিক্তোক্কে, শিবা কাওবা ইল্লি। মখোইনা মথৌ তৌই, অতুনা মতুংগী মপুংসিদা লৈবাকী লময়ানবা ওইহনা অফবা মীশক ওই। সুপামচা থুদিংনা কব স্কাউট ওইগদবনি অমসুং ইরৈবাকী মফমদা তৌফম থোকপা থৌদাং পাংথোক্লবা ঙম্বা মথৈ হোৎনসি।

লৈশাংথেম চাওবা

It gives me a great pleasure to know that our State Organising Commissioner for Manipur, Shri L. Chaoba Singh has written a useful book, in Manipuri, on Cubbing to meet the needs of our Scouters, Cubbers etc. She need for such a book was felt for a long time. I have gone through the book and can say that the auther has done well by incorporating a number of illustrations to drive the idea in the minds of readers. This book may be used as an administrative guide but in order to capture the true ideology of the Wolf Cub Movement. Its contents and topics indicate that cubbing is a method of training for boys of the age group 7 to 11 years to develop good citizenship and this training is supplementary to the home and institutional education.

Besides, I find from perusal of its contents that cubbing is based on the distinguished characteristics of the Wolf designed in the Jungle Book written by Rudyard Kipling.

I will the publication all success.

Date Imphal,
The 1st, September, 1981.

M. Ibobi Sing, B.A.L.L.B,
Gilwellian and Advocate.

# উল্ফ কব ( Wolf Cub )

উলফ কব অমদি কব স্কাউট অসি বোয় স্কাউট ( Boy Scout ) ওইরকবা মাংজোগ্রা শেম্বা নহারোনগী কাংবু অমনি। মাসিদা লুপামচাশিংনা মশাগী চহি তরেংতগী তরামাথোই ওরবা ওরবা কাংবুনা য়াউকবা য়াই। ওলদ উলফ ( old wolf ) অমদি কব মাষ্টর ( cub master ) না মথোইগী লুচিংবনি।

কব স্কাউট থুদিংমক্তা মথোর মথোয়না হেক ওবা মথৈ অফবা থবক তৌজবগা লোয়না তাইবং মপু অমসুং মরৈবাক্তা মকমদা তৌকম থোকপা মথৌ, অমদি তুমিং থুদিংগী অফবা থৌরম অমমম তৌজগনি হায়না রাশকপগা লোয়না মথৌ পাংথোকই। মথোয়গী রাশক অসি কব মাষ্টরগী মমাংদা রাশকচন্না লুপামচা অমনা কব স্ক'উট অমা ওইনা যাওই।

উলফ কব অসিনা নহারোলশিংবু থাইদগী কবা মওংদা শেমদুনা তুংদা লৈবাক্তা অফবা মীশক ওইনা পুথোক্নবা অমতা তাইরবা কাংলুপনি। নহাওইরিবা কব স্কাউট অমবু হায়বা ইল-হনবা মথৌ মশক খংহনবা অমদি মরৈবাক্তী ফমবা তৌবা তবা হায়বসি তৌদবা য়াংদ্রবা অমদি হৌজিক্তা মতমগা য়াম্না চানরবা অমসুং পান্নরবা নহারোন শেম্বগী মচাক অমা ওইরবনি।

মহৈতম্বা হৌগৎলকপদা ছাত্র নহারোনবু ওন্নানা কোমথোক্তা লোয়নরকপা হৌজিক্তা লাক কনবা য়াক্রবা ছাত্র কয়া থোক্রকপা উবা কংগনি। অদুনা য়ারবদি ক্লাস VI কাওবা মহৌশাগুম্না ওন্নানা কুদনা চৈদুনা তম্বা লাইব্রিক মতমবিদুগী কামবা য়াম্না কংগনি।' অসি হায়দুনা ছাত্রশিংবু তাখি-তাওইনা তৌবগী রা

নত্তে। ওঝা অমদি মমা মপানা মচাশিংবু ফু-চৈত্থনা য়ারকপদা কনা শোইবা য়াওগ্রবগে। য়াওরবসু য়াম্না তাংনা থোকই। হৈসনু শিংশনু হাযনা য়ারক-য়াত্তেম্বা ঙাহাক্তনি। মমত্থনা অফবা মরমদা নহারোনবু ফু-চৈত্থনা য়ারকপা অমদি মহৈ মশিং তম্বীবা মতম য়োরে। নত্রবদি ঐথোইগী অয়াম্বা নহারোনগী ভুংগী মপুন্সিশিং অসি লমজিংবা য়াওত্রবা কাংলুপ অমা ওইগনি অমসুং চহি থরসি ওইত্থনসু লাকলি।

হৌজিক মতমগী লাইরিক মতম্বী অসি থরা শোইত্রা হায়না লৌনিংই। মরমদি অয়াম্বা অঙম্বা অহল লমন অমদি মমা মপানা মথোয় মথোয়গী মচামশুবু সরকারগী শেনখি'ত্রবা স্কুলশিংদা থাদ্রিবসি য়াম্না চাওবা অশোইবা অমা লৈত্থনা তোবনি। য়ারবদি মাসি মথক্তা পনজখিবা মপামমা অমদি ওঝাশিনা থরাই থরা য়াওবিত্থনা মচা মশু অমদি ছাত্রশিংবু অকনবা চৈরাক পিত্থনা মহৈমশিং তম্বীত্থনা শোংথহোরবা ঐথোইগী কাংবু অসি কনবা মতম য়োরে অমসুং কন্নবা হোৎনসি।

নহারোনগী পুন্সিদা অথিংবা অমদি শেম্বীবা য়াওত্রবদি, হিমাই চুন্নবা য়াওত্রবা ফিগুম্বনি, তুংশিংনা পুবা মাইকৈদা চৎনিংবত্তা চৎতুনা পনথুংফম থংত্রবা অমা ওইগনি। মরমশিংসিনা ছাত্রবু ওঝা অমদি মমা মপানা মহৈ তমথৎলকপদগী হৌনা নিংথীনা য়ারক-য়াত্তেমবিত্থনা অরাংবা থাক্কী মহৈ তমহনবা ঙমত্থনা লৈবাক্কী অফবা মীশক মীথোই মীহেনবা ওইনা পুথোকসি।

লৈশাংথেম চাওবা

# বেদেন্ পোয়েল্

স্কাউট লিংখৎপিরম্বা লর্ড বেদেন্ পোয়েল্ হায়বা মুপা
অসি মীওইবা কাংবুবু স্কাউটকী লিচিংনা মচিন-মনাও ওইহল্লবা



হোৎনখিব ২০ শুব। শতাব্দাগী খাইদগী চাওবা মীনি। মহাকপু
অমাম্বা মানা হুৎশিববগা লোয়ননা বি-পি হায়না খংবৈ।

মহাক অসি ভিক্টোরিয়া মহারাণীনা মপান ফনা পানবা মতম শোক ১৮৫৭ কী ফেব্রুয়ারী তারিখ ২২ দা ইংলণ্ডদা পোকখি। মহাক অসি অচৌবা ইমুং অমদগী নহা ইওই-ওইনা "রোবার্ট ষ্টেভেন-সন্ বেদেন্ পোয়েল্" হায়না মমিং থোনখি। মরাইবক থীবদগী চহি অহুম শুরকপদা মপা কাইনখি অমসুং মমানা মহাকী অহানবা মহৈ মশীং তমহনবা হৌখি। মহাক য়াম্না থোনা ফবা অমসুং হোৎনবা কনবা নিপানি অমসুং মরাইবক কবনা মতম অহুগী অকাওবা মীওই কয়ামরুম উন্নজবগী থুদোংচাবসু কংজখি। মখোয়শিং অহুদগী অকবা পাওতাক কয়া কংখি। মহাকী মপুবোক এদমিরেল স্মীথ-না মহাকপু নহা ওইরিঙৈদগী য়াম্না লূনা চান্না তৌবিখি। বি-পি চহি ১২ শুরকপা মতমদা মতিক চানী হৈ-শিংলগী বৃটেনগী চার্টরহাউস কৌবা অকাওবা কুইরবা স্কুল অহুদা মহৈ তম্বা হৌখি। মহাক্না স্কুল অহুদা মহৈ তম্বা য়াম্না হৈননা থোকখি। স্কুল অহুগী ওজাশিংনা মহাকপু লূনা চান্না তোবিখি। মহাক অসি থবক কনবা অমসুং মতমগী মরল খংনা শীজিন্নবা নহা অমা ওইরমই। মহাক্না মহৈ তম্বগা লোয়ন-লোয়ননা ফুটবল শান্নবা, ইশৈ শকপা, রাইফল ক্লব য়াওবা অমসুং স্কুলগী মেগাজিনগী রারেংনচি'বসু ইরমই। মহাকী মপোকী শিংথোরকপা কাগী জোগাই হৈবগী রাঙাং শাঙাং অহুদা মীনা মাবু য়ামনা চান্নমই। বি-পি গী য়ামনা হৈনবা মরমদি মহৌশা-রোলনি। মহাক্না চার্টরহাউস-কী মনাক্তা লৈবা উমং অমদা শাশিংগী থোংচৎ অমসুং উচেক-রায়াশিংগী মপুনসিগী মরমদা

তম্বশিন্দুনা মহাক্কী থিজিন খোংচিনগী পালল হেনগৎনবা হোৎনখি। মসিনা মহাক্কী লান্মী ওইরবা মতমদা য়াম্না কান্নখি। মহাক্না চার্টরহাউস-তা মহৈ তম্বদগী অহুম লান্মী ওইখি। বি-পি গী লান্মী ওইবগী মপুনসি অহু হৌবদগী হৌনা অহুম কয়মই। মহাক্না সিফাই খল্লগা ভারত অমসুং আফগানিস্থানদা থবক তৌখি, মহাক্না মখোদা য়াম্না মপুক্নিং চংবদগী মিলিটরী স্কাউটশিংগী মরমদা য়াম্না খংখি। মমৈথংদা মহাক্না লানগী পাও লোম্না পুবগী থবকসু তৌরমই। অহুবু মহাক্না কৈদৌঙৈদসু হেনজিন্না থবক তৌরমদে। মহাক রুশিয়াদা ফাগদৌবদগী শম্নাদা লিৎতুনা নানথোকখি। মহাক্না দালমাসিয়া কোবা মকমদগী লুরবা রাকম কয়া কুয়াক ময়াম য়েক্নপদৌনা লাই য়েক্নশিন্নতুনা পুরকখি। অসিদসু নত্তনা দারদেনেলিস কোবা মকমদসু মহাক্না খোই চোপশিন্নরগা লান-বললশিংগী মওং মতৌ খংদোকখি। শোক ১৮৮৭ তা বি-পি না খা আফ্রিকাগী জুলুলেণ্ড, অশান্তি অমসুং মতা বেলিলেণ্ড কোবা মকমশিং অহুদা চৎতুনা থবক নিংথিনা তৌখি। মকমশিং অহুগী মীশিংনা মহাকপু "ইম্পিসা" হায়বদি তুম্বা হৈজত্রবা কৈশাল হায়না খংনখি। শোক ১৮৮৯ দা শোকনখিবা বোয়গী লান্দা মেফেকিং কোবা মকম অহু মহাক্না বৃটীশকী লান্মী খয়দনা হৈ-শিংনা শিন্দুনা মী অয়াম্বা মালহল্লগা কনখি। লানকম অহুদগী মহাক্কী মপুনসিগী মমিং চৎপা থোদোক অমা ওইখি। মহাক অসি অঙাং খুদিংগী ফিদম্নকম ওইবা হুপা অমনি। হায়খ্রিবা লানকম অহুদগী অঙাংশিংবু অচুম্বা মওংদা তম্বীরবদি য়াম্না কান্নে অমসুং নিংথিজনা

মহৈ চাই হায়বা খংলহৣনা মহাক্না "মেকেকিং কেদেট কোস" হায়বা অমা লিংখৎখি। লাম্নক অহৣদা মহাক্না "এইদস্ টু স্কাউটিং" হায়বা লাইরিক অহৣ কোংখি অমসুং মহ মফম খুদিংদা য়াম্না পাম্নখি। বি পি না শোক ১৯০৩ দা ইংলণ্ডদা হল্লকপা মতমদা ভূপা মচা অয়াম্বনা মহাক্কী লাইরিক অহৣদা তাকলিবা হিরম ময়ামশিং অহৣ চৎলমই। মহাক্না স্কাউটিংগী হিরম অসিদা অথং অহৈশিংগা খন্নরগা অঙাংশিংবু অফবা প্রজা ওইহন্নবা হোৎনগে হায়না লেপখি। মসিগীদমক বোইজ ব্রেগেড লিংখৎলম্বা স্যার রিলিয়ম স্মীথ কনু উম্নখি।

শোক ১৯০৭ কী আগষ্ট খাদা ব্রাউনসি কোবা ইথৎ অহৣদা বি-পি না চাংয়েংবা কেম্প অমা তৌহৣনা পৃথিবীদা স্কাউটিংগী ময়ম খংহল্লবসু মসি ওইহন্নবা হোৎনবদা মতম য়াম্না চংখি। স্কাউট লিংখৎপিরম্বা ভূপা অসি মপুক্লিংদা করম তৌনা স্কাউটকী রাখল অহৣ চংশ্রিবনো হায়বা অহৣ খংবদা য়ানা থোকই। অহৣবু মহাক্কী নহা ওইরিবৈদা স্কুল তম্লীবৈগী মপুনসি ছুটিগী মতমদা মচিন-মনাও-শিংগা তোৎন-খোৎননা লৈমিন্নখিবা, মহাক্কী ভারত্তা লানমী ওইহৣনা লৈবগী মপুনসি, খা আফ্রিকাদা তৌখিবা হিরম কয়া, মেকেকিং কোবা মফম অহৣ কন্নবগী লানফমদা মহাক্না তৌখিবা থবক কয়া, মরৈবাক নিংবগী রাখল, মথৌদাং খংবা মীশক অমা ওইবা, নহা-য়োনশিংগী য়াইফনবা খনবা অসিনচিংবা হিরম ময়ামশিং অসিনা বোইজ স্কাউট লিংখৎখিবগী মরম্নি।

বি-পি না মতম অহৣদা অঙাংশিংগী অনৌবা কাংবু অমা লিংখৎকে হায়না খল্লমদে। মহাক্না হান্না লৈজরম্লিবা কাংলুপশিং

অছুদা অনৌবা থৌরম থরা য়াওহন্নবদা মথল্লমই। অচুনা মহাক্না "স্কাউটিং ফোর বোইজ" কৌবা লাইরিক অছু ইচুনা মথং মথং ওইনা থাথাইগী চেকোংদা ফোংখি। লাইরিক অছুদগী অঙাংশিংনা পাজরগা মথোয় মশেন পুশিন্নচুনা কাংলুপ কাংলুপ শেম্বদা মতম পংকুই কৃইনা চংলমদে।. থিন্দনমক অঙাংশিংনা অনৌবা মশাক্না অসিদা মথক্লাই য়াওখি অমস্তুং বি পি না স্কাউটকী থোংচৎ থংহৌদনা লিংথংপা ঙাখি। চহি অসিদা ইউনাইটেদ কিংদমগী মকম অয়াম্বদা মহাক্না চংতুনা অঙাংশিংদা মশা কন্নবা, মপুকচেল শেংনবা মী অমা ওইবগী গুণশিং অছু লৈননবা অমস্তুং মীওইবা জাতিবু সেবা তৌননবগীদমক তম্বীনবা কোইচং চংথ।

শোক ১৯০৮ দা "স্কাউটিং ফোর বোইজ" হায়বা লাইরিক মচাশিং অছুনা পুনশিন্দুনা মপুং ফাবা লাইরিক অমা ওইনা ফোংখি। অছুগা অতোপ্পা লোন মঙাদন্তু হন্দোকখি। মথংগী চহিদা লণ্ডনগী কৃষ্টেল পেলেস হায়বা মকম অছুদা স্কাউট ১১,০০০গী অপুনবা রেল্লি অমা তৌখি। চহি অসিদা মহাক্না লাইটকী কম কংলবা ত'ঙাদা তরেংশুবা নিংথৌ এডরার্ডনা মঙোন্দা লাম্মীগী থবক অছুম তৌখিগেরা হায়না হংবিখি। পৃথিবীগী নহারোনশিংগী মরাইবক ফবদগী বি-পি না স্কাউটকী থবক অসি ফগৎহন্দুনা মীওইবশিংগী মরক্তা মচিন-মনাও ওইবগী রাখল অসি শন্দোক্নবা হোৎনজগে হায়না খুমজখি। মরম অসিনা শোক ১৯১০ দা বি-পি না লানমীগী থবক্তগী পোন্সন কংখি। মসিগী মতু'দা স্কাউটিংগী থবক অসি পৃথিবীগী অয়াম্বা লৈবাক্তা শন্দোকখি।

খা আফ্রিকাগী চিলি লৈবাকনা বৃটেনগী মথংদা স্কাউট লিংখৎখি। চহি অসিদা বি-পি না কানাডা অমসুং ইউ, এস, এ, দা চৎখিবা মতমদা স্ক উটকী থবক অসি ক্ষনা য়াম্না চাওখৎলমলে। শোক ১৯১২ দা বি পি না ওলেওসো অমস্পু লুহোংখি। অমসুং মহাক্কী মপুন্সি চুপ্পা নিংখিজনা মপুকচেন ভিন্নবা লৈমিন্নখি। মখোয়না মচা অহুমদমক পোকখি। শোক ১৯১৪ গী অহানবা পৃথিবীগী লানজাও হৌরকপা মতমদা মী অয়াম্বনা স্কাউটকী খোংচৎ অসি অহনলোনশিংগী লিচিং রাৎতুনা মুৎখিগদৌবগুম থন্নখি। অহুবু স্কাউটশিংনা মখোয়গী লুচিংবশিংগী মথাদা অতুম নিংখিজনা চৎখি। লান লোইরকপা মতমদদি হান্নদগী হেন্নহুম নিংখিজনা চৎখি। শোক ১৯১৬ তা বি-পিনা উলফ কবসৃহেগুবুক কৌবা লাইরিক অহু ফোংখি। অমসুং চহি অসিদা "রোওরিং" স্কাউটসু হৌদোকখি। শোক ১৯২০ দা ওলিম্পিয়াদা অহানবা ইন্টরনেসন্যাল জাম্বোরী অমা তৌখি। মহুদা বি পি বু মহাক্কী অওকপা স্কাউটকী খোংচৎ অসি লিংখৎপগীদমক পৃথিবীগী জাতি অপুম্বনা থাগৎপা অমসুং তৌবিমল থংবা উৎতুনা মওোম্দা পৃথিবীগী "চীফ স্কাউট" হায়বা ফম অহু লাম্বোকখি। মথংগী চহি শোক ১৯২১ দা বি-পি মা মাগী হূপীগা লোয়ননা ভারত্তা কোইবা লাকখি। মখোয়না ভারতকী মফম অয়াম্বদা মখোয়বু ওকপা ওইনা তৌনখিবা স্কাউট অমসুং গাইডশিংগী রেল্লিশিং অহুদা য়াওবিখি অমসুং মখোয়না ভারতকী স্কাউটশিংবু য়াম্না থাগৎপিখি। বি-পি না ভারত্তা লাক্লম্বা অসিগী মতুংদগী ভারতকী স্কাউটকী ওয়রগেনাইজেসন

অয়াম্বা লণ্ডণ হেদ কার্টরদা মীং চয়খি। বি-পি না স্কাউটিংগী চংনবা অমম্মুং পথাপনা সহরগী লম্বীশিংবু য়ৈথাই থিনগাইবা লৈহন্দবা খুদোং চানবা কয়া শিনবিরমই অমম্মুং খুঙ্গংগী লৈরকশিংবু ফজহল্লমই। মহাক্না নহারোলশিংগী মপাঙ্গল মতিক চানা লৈনবা অমম্মুং থবক খুদিংদা তৌবা ঙম্মনবা অনৌবা ফিদম উৎপিল্লমই। অঙাংগী মপাঙ্গলবু নিংথিজনা অচুম্বা মওংদা শিজিন্নরবদি শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা কান্নবা মচাক অমনি হায়নম্ম মানা থংহল্লমই। অছুগা স্কাউটকী মশান্না কয়াদগী অকবা য়াম্না তমনিংঙাই লৈ হায়বসি অয়াম্বা মীশিংনা থংনরে। পুক্লিং ফাবগী খাইদগী কবা মওংদি য়াম্না থংজিন খোৎচিন্নবা হোৎনবগা লোয়ননা মহু অমুক মীঙোন্দা ঙাকথোকপা ঙম্মবা হোৎনবগী পাঙ্গল অছুনি হায়না থংহল্লম্বনা বি-পি বু ছাত্রশিংনা থাগৎনরি। লাম্মীগী মুচিংবা অমা ওইরম্বদগী মহাক্না ইংজনা লৈবা পামলক্লুনা নহারোলশিংবু মচিন-মনাও ওইবগী অশেংবা মালং অমা শেমজুনা স্কাউটিংনা পৃথিবীদা অইংবা পুরক্লবা অচৌবা শরুক অমা য়ারম্বগীদমক্তা মহাকপু থাগৎনরি। বি-পি স্কউটিংগী লিচিংনা উমংগী শা-উচেক অমম্মুং লৈ-শুবু স্কাউটিংগী মপুঙ্গদ সুংঙাইবা মকম ওইনা শিনবিরমই। অসিদম্মু নত্তনা থংহোদনা থোকপা তম্মখিরবা থোদোকশিং হায়বদি থৈ চাকপ, ঈশং চাওবা, যুহারাবনচিংবা থোকপা মতমদা অরাবা তারবা মী কয়া কয়াবু স্কাউটিংনা সেবা তৌনবা মহাক্না শেম্মীরম্বা পথাপ অমম্মুং নীতিশিং অছু থাগৎ-নিঙাইনি। বি-পি না স্কাউটিংবু মরৈবাক সুংশিনবা অমম্মুং

অকবা প্রজা ওইননবা শিনবিবকই। লাইনিং লাইশোনগী মরমদগ্ন স্কাউটিংবু থবক্না উংপা লাইনিং হায়না কৌনরমই। স্কাউটিংগী পথাপ অমস্তুং রাশক্না মী অমা ওইনবা লমচৎ শেম্বগী থুদোং চাবা পিবিরমই। বি-পি না পৃথিবীগী নহারোলশিংবু লূচিং-খিরম্বা অমস্তুং মপুক্লিং থৌগৎপিরম্বগুম কনানম্ভু তৌরকত্রি হায়বা য়াই। মহাক্না তৌখিবা স্কাউটকী থবক অসিগীদমক্তা শোক ১৯২৯ দা ইংলণ্ডগী এরোপার্ক কৌবা মফম অদুদা তৌখিবা অহুমগুবা ইণ্টরনেসন্যাল জাম্বোরীদা বি-পি বু "লর্ড বেদেন পোয়েল ওফ গিলরেল" হাযবা মিংথোল অসি পিখি। শোক ১৯৩৭ কী ফেব্রু-য়ারী তারিখ ১ দগী ৭ কাওবা তৌখিবা ভারত অপুম্বগী অহানবা জাম্বোরীদা ভারতকী চীফ স্কাউট লর্ড লিনলিথগোনা পৃথীবীগী চীফ স্কাউট অমস্তুং চীফ গাইড লর্ড অমস্তুং লেদি বেদেন পো-য়েলবু ওকপগীদমক্তা হৌদোকপিখি। হাযরিবা জাম্বোরী অদুদা ভারতকী মফম থুদিংদগী স্কাউট ৪০৬৯ য়াওখি বি-পি না ভারত্তা খোংদারক্লম্বা অসিগী মতুংদগী ভারতকী মফম অয়াম্বদা যোয় স্কাউটকী খোংচৎ অমুক্তা হেন্না কনথৎখি।

বি-পি না শোক ১৯৩৮ দা আফ্রিকাগী কেনিয়া কৌবা মফম অদুদা অমুক হন্লক্লনা মহাকী মপুনসিগী অরোইবা শরুক অৎ লেনখি। মহাক্না শোক ১৯৪১ গী জানুয়ারী তারিখ ৮ দা মশাগী চহি ৮০ শুবদা লোইরাখি। মসিদা জাতি, বিজাতি, লাইনিং লাইশোন খেন্নবা থিদনা, অচৌ-মচা খাইদনা মুপামচা থুদিংনা মতুংগী মপুন্সিদা অকবা লৈবাকী প্রজা অমা ওইহনহুনা,

ভাইবং মপুবু ভৎতনা নিংজবা, মীরৈবাকনিংবা মচা ওইবা অমম্মুং মরোই মনাওশিংবু ফননবা রাথল পোকহনবা শেম্বা কাংলূপনি। হায়রিবা পান্দম অসি ফংননবা হিংসাগী রাথন অমদি থবক থাদোকহনহনা মথোয়গী মরমচৎ শেম্বনবা হিরম খুদিং কুপ্পা য়েংশিনবা তম্নবা মশানা মশাবু থাজহনবা অমম্মুং অকনবা থবক লেপতনা ভৌবনা মশাগী অমম্মুং মীয়ামগী কয়া কামবা পূরকপগে অমম্মুং অশোন-অনা কয়াগী মতেং পাংবগে হায়বা পান্দম য়াওই। মসিনা ভুংদা বোয় স্কাউটগী কামরবা মেম্বর ওইহন্দুনা চাওরবা স্কাউটকী মচিন-মনাও ওইবগী থবক্তা কামহনবা কয়া পূরকনবা শেম্বা পান্দমনি।

মহাকী মোংকমদা স্কাউটকী লম্বী তাকপগী থুদম—লৈই অকোইবা অমগী ময়াইদা বিন্দু অমা নমহনা ইরগা মহাক মযুমদা হায়বদি ঈশ্বরগী মফমদা হনগ্রে হায়না থংহল্লমই।

# ১ বা পন্দুপ

## "উলফ কব"

লহারোলশিংনা মতিকচানা বোয় স্কাউট ওইবা চহী নৌরিবশিংবু উলফ কব কৌই। মবমদি, উলফ কব অমা হাযবসি কৈশাল মচাবু হায়বনি। স্কাউটশিংবু উলফস হাযবদি কৈশালশিং হায়না কৌই অদুগা নহা ওইবা স্কাউটশিংনা উলফ কবস হায়বদি কৈশাল মচা হায়না খংনৈ। আমেরিকাগী পেবিজগী নোংচুপতা য়াম্না লাপ্না লৈবা রেড-ইণ্ডিয়ানশিং অসি স্কাউটশিংগী জাৎ অমনি। জাৎ





অসুগী মী থুদিংমক অফবা স্কাউট অমমম ওই। অদুগা কনাগুম্বা অমনা স্কাউট ওইরবদি মহাক্কী মরমদা করিস্থু খন্নবিবা তোদে।

মরম অদুনা থৌনা ফবা নহারোলশিংগী মনুংদা খাইদগী হেন্না ফবা স্কাউট ওইন্নবা য়াম্না কন্না চাংদম্নবা অমা থোকই। অদুগা মখোইগী মরক্তুগী খবাইদগী ফবা অদুনা "উলফ" হায়বদি কৈশাল হায়বা মিংথোল অমি ফংই। উলফ হায়বগী অর্থদি থাংভেশেংনা অফবা স্কাউট অমা হায়বনি অদুনা মসিগী মনুংদা মচু মখল মখলগী লৈবা য়াই। অদুগা খা অফ্রিকাদস্তু মীশিং অসি পুংখেন খেন্নবস্তু, অফবা স্কাউট শি লৈ অমস্তুং মখোইগী খাইদগী ফবা স্কাউটশিংবু "উলফস" হায়না কৌই।

মরম অদুনা ঐখোয়না খংলে, মতুদি স্কাউট অমা হায়বসি থৌনাফবা অমস্তুং অকনবা মুপা অমনি, মহাক্না মথৌ পাংথোক্কবা হোৎনবদা মথর ই থাবা ফাওবা য়াই, মহাক্না অমুক্তা চৎত্রিবা লৈবাক্তুস্তু অহিং মুংথিল খাইদনা মহাক্কী লম্বী পুথোক্কবা হোৎনৈ, মহাক্না মশাবু য়ে শিনজে, মৈ থাগৎতুনা চান-থক্কবা থোং-থাকচৈ, মহাক্না মী অমস্তুং শাগী খোঙ্গুল লিবা ঙমই, মহাক অসি মুপী অঙাংদা থৌজাল হৈ অমস্তুং মচু পুন্নমক্কী মথক্তা মহাক্কী মথক খো বমা পীবা মযাথংগী মতুংইন্না শিবা ফাওবা ইল্লি।

বোই স্কাউটশিংনা থবক নোমই, মরমদি মখোয়না ভুংদা থৌনাফবা স্কাউট অমস্তু লময়ানবা (পাইওনীয়ার) ওইদুনা লৈবাক্কী কান্নবা ভোরকপা য়াই। তৌজিক্কী কবশিংনা মতুংদা অফবা উলফনিং ওইরক্কনি। অঙাং কাংবুনা পুনশিল্লগা উলফ কব মপৈ হায়না কৌই। রুদয়ার্ড কিপ্লিংনা মহাক্কী জঙ্গল বুক কৌবা লাইরিক

অহুদা অপিকপা ইণ্ডিয়ান মচা অমনা থাংৎেশেংনা কৈশাল কাবু'গা মতম অমদা লৈমিন্নখিবা রা ই। হায়রিবা অঙাং অসি শীংজনবা অমগী মচানুপানি। মহাক্না কৈ অমদগী নাম্বোক্তুনা কৈশাল অমগী মকোন্দা লাক্তুনা জঙ্গলগী কাংবুনা য়োকখৎলমই। অঙাং অহুগী মমিং মৌগ্লি হায়না কৌই, অহুগা মহাকপু য়োকপা কৈশাল মমা মপা অহুনা মহাক্না মতোমতনা শা তানবা ঙমদ্রিবৈদা য়েংশিনবীরমই। মহাক অসি সিওনি পেক্ত য়াওবা অকেলা হায়বা লোন গ্রে উলফনা মখোয়গী লুচিংবনি। মৌগ্লিনা কৈশাল মপা অমম্নুং মমা মখোয়গী মচাশিং'দগী হিরম য়ান্না তম্নমই। অহুগা মঙোন্দা বালু হায়বা শওম অমম্নুং বর্থ রা হায়বা কবোকৈ অনিহুনম্ম তম্বীরমই। বালু হায়বা অসি অনোইবা অমম্নুং তুমগনবা শানি, অহুবু উমংগী মরমদা য়ান্না থংহৈবা অমম্নুং লম লাম্বোক্লবা অরোনবা হিরমম্ম হৈরমই। মসি পূন্নমকসি মহাক্না মৌগ্লিদা তম্বীরমই অমম্নুং অঙাং অহুনা যোংয়ামগা লোয়ননা খুদোংথীবা তারবা মঙ্কমদা য়ান্না কান্নরকখি। মখোইনা বালু অমম্নুং বাঘীরাবু কা হায়বা লাইরেন অহুগী মতেংনা য়ান্না কন্না শোক্লরগা কল্লমই। বঘীরানা মৌগ্লিদা করন্না শা তানবগে অমম্নুং হাৎকদগে হায়বহু তম্বীরম্মী।

মৌগ্লিনা থৌনা ফবগী থবক কয়া তৌথি অমম্নুং শেরখান কৌবা কৈ অহুনা মঙোন্দা তৌথিবা অরানবশিং অহুগী মহাক্না হাৎতুনা লমন থুমখি। য়েক্লবা শা অসিগী মভৈন অহু উলফশিংগী কাউন্সিল রোক্তা মখোয়না তুংগী থৌরম থন্নবদা শাবাক ফাক্তুনা ফৌই।

## কাউন্সিল রোক অমসুং সার্কলশিং

ফিপ্লিংগী রাবিগুম্না ঐখোয়গী উলফ পেক্কীসু কাউন্সিল রোক লৈ। মসি অপিকপা মুংগী নত্রগা উচুক নত্রগা চেক্না কোইশিন্দুনা লৈ। রোক সার্কলদি খোংকাপ অহুমলোম লাপই অদুগা কাউন্সিল রোক্নাময়াইদা লৈ। মসি কবশিংনা মরে'জুমগা মরেংজুমগা করক কবক ইনশিন্নদুনা লেপ্লগা শেমই।



অদুগা পেবেদ সার্কলনা মসিদগী য়াম্না হেন্না চাওই অমসুং কবশিং মখুৎ মখুৎ শন্নদুনা চিংনদুনা অচোবা সার্কল অমা শেমই।

রোক সার্কলনা রা ঙাংনবগী শিজিন্নে। পেরেদ সার্কলনা গ্রন্দ হোল, জঙ্গল ডান্স অমসুং রেল্লিশিংগীদমক্তা শিজিন্নে।

---

⊙ কাউন্সিল রোক × পেরেদ সার্কল 0:0 রোক সার্কল

## গ্রান্দ হোল (য়াম্না হৌনা লাওবা)

উলফশিংনা কাউন্সিল রোক্তা ইকোয় কোয়না ফম্নগা অকেলা কৌবা. ওলদ উলফ (অহল ওইবা কৈশাল) অদুনা মপৈ অদুগী মকোক খোংদুনা রোক অদুদা ফমই। মখোয় পুম্নমক্না মকোক থাজত্তুনা মহাকপু ওকপা ওইনা খোংই।

ওলদ উলফ অকেলা হায়বদি কমাণ্ডর নত্রগা অতোপ্পা স্কাউটরনা মখোইগী মিতিংদা লাকপুদা পেল্লা মঙোন্দা নহাওইবা কৈশালশিংনা ইকোই কোইশিন্না লৈতানা ফমদুনা থুরুমই, অমসুং মঙোন্দা উলফ কব গ্রান্দ হোল পি।

অকেলানা পেক, পেক, হায়বা কৌবদা মখোয়না থুনা উলফ কবনা তৌবদৌনা ইকোয় কোইশিল্লি। অদুগী মতুংদা লৈতানা খোংদোল অমসুং খুদোল অনি অনিনা লৈবাক্তা শোক্তুনা লৈতানা ফমথে। অদুদগী নহা ওইবা উলফশিংনা মরাই থাংগৎতুনা হৌনা লাওই। অদুবু লাওরিবা অদুগী অর্থ খরা লৈ মতুদি মখোইনা মাদু নিংথিনা ওকপা পামই অমসুং মহাক্কী ময়াথং পাংথোকনবা শেম শাদুনা লৈ হাযবা উৎলি। পৃথিবী অপুম্বগী পেকশিংগী মকৌনদি "ঐখোয়না হেক ঙম্বা মথৈ অকবা তৌগনি", মরম অদুনা মখোইগী কমাণ্ডরন খুদম অদু তৌরম। কান্দা মখোইনা পুম্না য়েন খোংবদৌনা রাতৈ খুদিংমক য়াম্না শা'না চিংলদুনা লাউই। মদুদি, অ-কে-লা ঐ-খোয়-না হেক ঙম্বা ম-থৈ অ-ক-বা তৌগনি" অরো- বগী রাহৈ "তৌগনি" হায়বা অসি থুনা অমসুং হৌনা লা গা লোয়ননা খ'হো হৌগৎকনি অমসুং কৈশানগী মনা অনি য়ুংখৎ দা।

খুৎ অনি থ ঙংকনি। মসিনা তাকপদি মখোইনা মখুৎ অনিমক্কা খাইদগী হেন্না কবা থবক তৌগনি। অতুগা অতৈ অঙাংগুম্না মখুৎ য়েৎতনা তৌবগুম তৌরোই। মখোয়না তৌবা থবক অতুনা অতৈ অঙাংশিংগী শরুক অনি হেন্না অফবা তৌগনি।

"হেক ঙম্বা মখৈ অফবা তৌ" হায়বনা কবকী মোটনি। লুচিংবা কবনা হেক ঙম্বা খোন্থা দা "দীব—দীব—দীব" হায়বদি, হেক ঙম্বা মখৈ অফবা তৌ" হায়না কৌরকপা মতমদা মখুৎ অনি অতু থাঙংতুনা লৈগনি। অতুদগী মরিরকসুবা 'দীব' কৌরকপদা ঙাইথংবা চুম্না থাদরগা য়েৎথংবা খুৎকী অনি তিংথোক্লগ শনাম তৌই। অতুদগী খুৎ তিংথোক্লগা "দোব—দোব—দোব—দোব" হায়বদি "ঐখোয়না হেক ঙম্মখৈ অফব তৌগনি হায়না লাওই।

মরিগুবা "দোব" লাওরবা মতুংদা মখোয়গী য়েৎথংবা খুৎ অতু নিংথিনা থাদতুনা ময়াথং ঙাইতনা লৈ। অতুদগী লৈত্তানা অমুক ক্ষমথতুনা ওলফ উলফ অতুনা গ্রান্দ হোল লাওরকপদা কয়া অফবা তৌবা ওম্বগে য়েংসি।

## পেক! পেক! পেক!

কবশিংনা করিগুম্বা থবক তৌরিবৈদা মখোয়না "পেক পেক পেক" হায়না কৌবা তারবদি, খুদক অতুমক্তা "পেক" হায়না খুমগনি অমম্তুং কমাগুরগী অকোইবদা পেরেদ সার্কল শেমই। মহাক্কা অমুক্তা "পেক" হায়না কৌরবদি তুমিন লৈউ হায়বনি অমম্তুং মী খুদিংমক্কা মখোইনা তৌরিবা থবক অতু লেপ্লগা তাতনা লৈ। ওলদ

উলক অমা নত্তনা "পেক" হায়না কৌবা য়াদে। সিঙ্গয়না (তরুক পুনবা) মাগী সিঙ্গ অত পুনশিন্নবা মাগী সিঙ্গ কিমচুনা কৌই।

## এলার্দ (চ্যেকশিনবা)

এলার্দ হায়বদি চ্যেকশিন্নো হায়না য়াথং পিরকলবদি সিকাইগী মডোগুম্না খোংনিং পুশিন্দুনা থুদোল ফাকতোক্কুনা থুং চপতিংনা থাদরগা থবাক নিংথিনা থাজৎতুনা মিংনা মাংলোমদা য়েংহনা লেপকনি। অদুগা "এত ইজ" হায়বদি পোংথরো হায়না য়াথং তৌরকপা মতমদা খোং লাউনা থাংদোক্লগা থুং অনি তুংদা পুন্দুনা লেপকনি অদুগা মা-মাগী অকোইবদা মখোয়না হেক য়েংনিংবা মখে য়েংগনি।

## ২ শুবা পন্দুপ

# জঙ্গলগী মরমদা খংগদবা

অকেলা হায়বা অসিনা অশিংবা ওলদ উলকনি মহাকসি পেককী মকোকনি অমম্বুং কাউন্সিল রোক্তা লৈ। মহাক্না নহাওইবা উলকশিংনা পেক্কী লো অহু ভাকই হায়বা উই। মহাক অসি অহল অমগুম্না অওাংশিংবু মশা কম্নবা অমম্বুং কান্নহনবা ভম্মী। অকেলা হায়বসি ভারতকী হিন্দী রাহৈনি মসিগী অর্থদি কনাগুম্বা অম্না মতোম্নতা হায়বনি। অকেলানা কাউন্সিল রোক্ত মতোমতনা ভোবগুম্না পেককী লুচিংবম্ন কামাগুর অমতা লৈ। অহুগা পেক্কা তোঙান তোঙানব লুচিংবশিং লৈরবদি, মখোইশিংনা মতম অমতদা তোঙান তোঙানবা থৌরম তৌনবা হোৎনগনি। অহুনা কব থরনা মখোইগী মতুং ইনগনি অহুগা থরমথৈনা অতোপ্পশিংগী মতুং ইনগনি। মমৈথংদদি পেক অহু উলকশিংনা মখোয়গী অকেলা হন্দোক্রমহুনা অতোপ্পা লিদরশিংগী মতুং ইল্লি। মতম থরা লৈরগ মখোয়শিং অহুগা থরনা লাংদা থুরুহুনা মখোং তেকপা য়াও, থরনা মখোং শোক্কনা শোক্না শোক্না চৎপা য়াও থরনা চিঙাক কৎতনা চারুহুনা মশাদা পাংপা পোম্বংচিংবা থোকপা অমম্বুং অয়াবনা লমাংনবা থোকই। মখোইনা অমতা ভাইবা লুচিংবা অকেলাগী মতু ইল্লবদি মসি কৈদৌঙৈদম্ন থোকলোই।

শেরখান হায়বসি য়াম্না খৎনগনবা কৈনি, মহাকী মশা মরাং মরাংই অথৌবা ময়া অমম্বুং থুজ্জিল লৈ। মহাক অসি খৎনগনবা

অঙাংশিংগুম্বনি, অহুগা মাগা করিগুম্বা খৎনবা তারবদি করিসু মখৌনা লৈতে।

অহুগা "তাবাকিদি" লোম্না শৎ শৎ চৎপা লমহুইনি, মহাক্না অমগা অমগা চিরোল তৌদুনা মরুপ শান্নবা হোৎনৈ। অহুগা মহাক্না মখোয়শিংদগী লৌথোকপা পাম্লই। তাবাকিগুম্বা অঙাংশিংনা লোম্না লোম্না শৎ-শৎ চৎতুনা মখোইগী থবক শুজবগী মহুৎতা অতোপ্পদগী লৌথোকনবা হোৎনৈ।

মরম অহুনা ঐখায়না উরে, মরমদি জঙ্গলগী শাশিং অসি ঐখোয় মীওইবগা য়ান্না মান্নে। অহুগা হায়খ্রিবা শাশিং অসিগী মথক্তা জঙ্গলদা অতৈদা য়ম্না লৈরি।

মৌগ্রিবু কাউন্সিল রে ক্তা পুরকপা মতমদা মহাক পেক অমদা য়াওহনগনি। মসিগী অর্থদি মহাক্কী পেক্কী মেম্বর অমা ওইদ্রিবদা মহুগী আইন অমসুং চৎনবশিং হান্না তমগনি মরম অহুনা অহল ওইরবা শওম বলু কৌবা অশিংবা, অনোইবা অমসুং তুমগনবা অহল ওইরবা ভিক্কারী অসিনা মহাকপু অহলুশি অহু তম্বী। অহুগা বাঘীবা কৌবা অ চীবা অমুবা ববোকৈ অহু অশনবা অমসুং হৈশিংবা শাদানবনি। মহাক্না মৌগ্রিবু শাদানবা অমসুং জঙ্গলগী থবক তম্বী।

মরম অহুনা, মখোয়গী পেক্তা কামাগুর হায়বসি মখোয়গী লিদর অকেলানা মখোয়দ তম্বী। অহুগা মহাকপু মতেং পাংবিনবা নীংথীনা মপুং ফানা চাওবা বালু অমসুং বঘীরানা মতেং পাংগনি। অহুগা মখোয়শিং অসি পুন্না ওলদ উলফশিং হ য়না কৌই।

## অনৌবা মরূপ ( নিউ চম )

উলক কব ওইনিংবা অঙাং অমবু "নিউ চম" নত্রগ "রেক্রুই" হায়না মহাক্না পেকী লো, রাশক সলাম মতৌ অমসুং গ্রান্দ হোল অমসুং মখোয়গী মমিং খংত্রিব ফাওব' কৌই। অছুদগী মহাকপু তেন্দর পাদ হায়না মিং চল্লি অমসু উলক কবশিংগী ইউনিফোর্ম শেংকনি। মহাকপু তেন্দপাদ হায়বগী মরমদি, মহাক্না মহাকী মচিঞাক থিব। নত্রগা জঙ্গলদা শাম্নবদা মছুগী মরম খ্দনা লম্বী শের'ম্নবা চংপদা থুনা চোকথৈ অমসুং মাগী তেন্নবা মখোং অছু শোকই অমসুং থোংলি। অদুগা মহাক্না চলাক ( dodges ) খরা হেক খঙবগা মপুং ফাবা কব অমা ওই।

### · সেলুট ( সলাম)



কবশিংনা মখো গী কমাণ্ডরশিং অতোপ্পা কবশিং অমসুং স্কাউশি'দসু মখোয় অরোনবা খুদমগী সলাম তৌই। মখোয়গা গ্র ন্দ সেলুট হায়বদি মখোয়না গ্রান্দ হোলদা অহল ওইবা উলকতা সল.ম তৌই অছুগা যেশা মতমদা মহাকপু উন্নবদা নত্রগা তাংনবা মতমদা অচম্বা সলাম তৌই। সলাম অসি য়েং-খংবা খুংকী খুদোম্বীনা তুপি শোক্না তৌই। মসিদা মহাকী খুবিনা খুনাওবী অমসুং খুিংথৌঅনিবুপায়শিল্লি . মসিনা উলফ কবকি বেজ ওইনা শিজিন্নৈ

সলাম তৌবদা থুংশা অনি থিঙ্গংপা অসি কৈশালগী মনা অনি য়ুংখৎতুনা লৈবগুম্বনি।

কবকী সলাম অসিবু মরুপ শাম্নবগী খুদমনি চহি কয়াগী মমাংদা মহ'ক্না য়েক্লবা অমবু হাংকে হায়না শিংলমবা য়েক্লবা অমা ওক্লবদা য়াম্না খৎন্দুনা ফুন-চৈনবা থোক্তুনা কনানা মরুপনো অমম্বুং কনানা য়েক্লবনো হায়না খঙনদে। অদুগা মরুপ অনি উম্নবদা মখোয়না মখুৎ য়েৎথংবা থাঙ্গৎতুনা খুবাক তিংথোক্লরগা খুলাই য়াওনদে, করিস্নু অমাং অতা থোক্লোই হায়না উংনৈ। অদুনা মমাংঙৈগী মরুপ ওইবগী খুদম অসিনা কয়াদা লায়না সলাম ওইরক্লিবনো হায়বা উরে। মরম অদুনা কব অমনা অতোপ্পা কব নত্রগা কবকী বেদজ থেংপা অমগা উন্নবদা তৌই।

## উলফ কব পেককী লো

কবনা ওলদ উলফতা শিন্নৈ। জঙ্গলদদি ওলদ উলফনা শিংই অমম্বুং নীংথীজনা শা তানবগী মরম থংই। মরম অদুনা কব খুদিংনা মতম লৈবথিবিক্তা খুদক্ত মহাক্না হায়বা ইল্লি। ওলদ উলফপু উত্রবস্নু কবনা মহাক্কী য়াথং অদু ইল্লি, মরমদি পেক অদুদা লৈরিবা উলফ খুদিংগী য়াম্না ইকাইখুম্নবগা লোইননা থবক তৌই।

১। কবনা মাগী মপা-মমা অমম্বুং মাষ্টরশিংগী ময়াথং অদু মখোয় উরবস্নু উত্রবস্নু ইল্লি। খাইদগী হেন্না পীকপা কবনা মতম পূম্নমক্তা থাজবা য়াই, মরমদি মখোয়না অহলশিংনা পামজিবা অদু পাঙথোকই। (The Cub gives in to the old wolf.)

২। কবতি মশাগী য়েংদে। The Cub does not give in to himself ) নহা ওইবা উলফ অমনা মশাগী নত্রগা মহাক্কী পেক্কী মচিঞ্জাক ক্ষংনবা থেব অমা তানবদা মহাক্লা চোকথড়ুনা লেপ্পা পামই, অত্তবু মহাক্লা মশাগীদমক্তা য়েংদে। মহাক্লা মত্তদা লেপই অমস্তুং মতু তৌগনি হায়না লৈ। মহাক্লা মহাক্কী ঙম্বমথৈ হোৎনগনি অমস্তুং অতোপ্পস্তু হোৎনহনগনি। মমৈথংদা মহাক্লা থেবা অত্তস্তু মহাকত্তৌনা চোকথরে, অত্তুনা মহাক্লা মাগী চ'রা ফংলে। অস্তুম্না মখোইগী পেক্তা কনাগুম্বা কব অমবু করিগুম্বা থবক হায়বদি ইস্নোইউ, থৌরি চোংউ হায়বদা মহ ক্লা খুদোংথী'গা নত্রগা চোকথবা ওইরবস্তু মহাক্লা মতু থাদোকপা পাম্নবস্তু কব অমনা মতু কৈদৌঙৈদস্তু তৌদে, মহাক্লা মতু তৌতুনা লৈগনি অমস্তুং অতোপ্পস্তু হোৎনহনগনি। মহাক্লা হেক ঙম্বমথৈ তৌগনি অমস্তু' মমৈথংদা মাই পাক্লকনি।

## ৱাশক

কনাগুম্বা অঙা'না মখোয়গী মথৌ নত্রগা শান্নগদবা গেম নত্রগা লোয়নবদা কপ্পা য়াওই। অত্তবু উলফ কবশিংদি মখোয়গা মান্নদে। মখোম্নগী পেক্তা মথৌ পাংথোক্কদবা মরম লৈজে, মখোয়না মখোয় মশা মশাবু হু'ঙাইথোকই। মরম'দি মখোয়গী গেমস অত্তু তাক্লবা আইন অমস্তুং থবক অত্তু থাংজৈংশেংনা ক ন্নবা ঙাক্তনি।

স্ক উটকুম্না অঙাং অমনা উলফ কব ওইদ্রিবৈদা মখাগী ৱাশক অসি শকই। "ঐনা হেক ঙম্বা মথৈ অফবা তৌগনি, মতুদি ঈশ্বর অমস্তুং ইরৈবাক্কী মফমদা ইথৌ তৌগনি। উলফ কব পেক্কী লো অত্তু ঙাকচগনি অমস্তুং হুমিং খুদি‌ংগী অফবা থৌরম অমমম তৌজগনি "

"I promise to do my best-
To do my duty to God and my country,
To keep the law of the Cub Pack and
To do a good turn to somebody every day."

মখো তৌ

কনাগুম্বনা থবক অমা তৌগনি হায়না রাশকপা মতমদা মহাক্না মতুংদা মচু খোঁশারকন্তে নত্রগা মচু তৌবা কাওখোকখিবা য়াই। অচুগা অমরোমদা হায়রগা উলফ কব অমনা থবক অমা তৌগে হায়না রাশকপ্রবদি মচু মহাক্না শোয়দনা তৌগনি হায়না লেপ্পী।

১। ঈশ্বরগী মফমদা তৌগদবা মখোদি, কৈদোঊদম্ভ ঈশ্বরবু কাউদবা মখোয়না তৌরুবা খোরম খুদিংমক্তা ইবুংঙো মাবু নিংশিংবনি মখোয়না কারগুম্বা ইবুঙো মাবু কাউত্রবদি থবক খোরম খুদিংদা অরানবা অমতা তৌরোই। কারগুম্বা অরানবা অমা তৌবা মতমদা ঈশ্বরবু নিংশিংলবদি মখোয়না তৌরিবা অরানবা অচু লেপকনি।

২। মরৈবাক্কী মফমদা তৌগদবা মখোদি, উলকশিংনা পেক অমদা মকোক ওইবা উলকনা হায়বা ইনবগুম্না লৈবাক অমগী মকোক ওইবা রায়েনবগী ময়াথং ঙাক্না চৎকনি। ঐখোয়গী ভারত অসিমু অচৌবা মখলগী পেক অমনি, অচুনা মসিগী মকোক ওইবা প্রেসিদেণ্ট লৈ। অচুগা ভারতকী প্রজা পুম্নমক্না মহাকী ময়াথং ইল্লবদি মখোয়গী থবক অচু মায় পাকনি।

অচুগা কনাগুম্বা অমা মাগী রাখলতনা আইন য়াওদনা করিগুম্বা শান্নবা ছোৌরবদি মায় পাকপা ঙমলোই। অচুগা ঐখোয়না

নীংথিজনা ভারতকী প্রেসিদেন্টগী ময়াথং ইন্নবদি ঐখোয়গী ইরৈবাক্কা মতম পুম্নমক্তা মায় পাকনি।

মতৌ অসুম্না উলক কব অমনা মহাকী পেক অমসুং সিক্রকি লূচিংবনা হায়বা ঈনগদবনি।

## অফবা থৌদাং তৌবা

উলক কবকী অয়োইবা রাশকত্তি চুমিং থুদিংগী কনাগুম্বা অমগী মফমদা অফবা তৌব' হায়বনি। মখোয়না তশেং তশেংনা হায় ছুমহ্রনা মখোয় মশা চুংঙাইথোকই। মহুদি মখোয়না উলক কবকী মশাগী শামহুনা, কেম্প তৌহুনা, শা উচেকশিংগী ময়মদা য়াম্না থিজিন থোচিনবা অসিনচিংবা তৌই। তৌইগুম্বসুং মখোয়শিং অসিনা চুংঙাইহন্নবসু মসিদগী হেম্না অফবা ময়ম অমা লৈরি মসি য়াম্ন' লাইথবা মওংনি, মহুদি মখোয়না অতোপ্পা মীশিংবু চুংঙাইনবা হোৎনববুনি। চুমিং থুদিংগী মখোয়না অতোপ্পদা থৌজাল অমমম তৌই। মসিদা অতোপ্পা মী অহু মরুপ নত্রগা থঙন্দবা, চুপা নত্রগা অঙাং অমসুং চুপী ওইরবসু মখোয়না চুপীগা অঙাংগদা হেম্না থুদোংচাবা পীগনি। থৌজাল নত্রগা অফবা থৌদাং তৌবা হায়বা অসি য়াম্না চাওবা থবক নত্তে। মখোয়না ময়ুমদা করিগুম্বা নোঙ্‌কপগী থবক থোরম তৌবগী থুদোংচাবা ফংবা য়াই। হায়বদি ময়ুমগী থবক ইনথাং তৌবদা মতেং পাংবনচিংবা য়াই। অহুগা ময়ুমগী মপান্দসু মখোয় অপিকপা অঙাং অমবু লম্বী লাপ্থোকপদা নত্রগা অতৈ থবক্তা মতেং পাংবা য়াই।

কমাওম্বা অমগী পোৎ-চৈ পুবিনবা শেম শাহনা লৈগনি। মখোয়গী বসন্তা কমকম অহু অতোপ্পশিংদা পীবিহনা মখোয়না লেপকনি। লম্বী থওদিবা মীবু লমজিংবিগনি, হূপী অতাং অমন্থুং মমিৎ তাংবা মীবু মতেং পাংগনি। থোম্লাংলবা শা-শলদা ঈশিং পিথকনি। মহুম হুমদোকপ্লবা উচেক রায়াশিংবু তাকপিগনি। হায়খিবশিং অমন্থুং মসি নত্তবা মরম চামা চামা উলক কব অমনা তৌবা ঙম্মী অমন্থুং শোইদনন্থ তৌগনি। ময়মদি মখোয়না থবক থৌদাং তৌগনি হায়বা অহু পাংথোকহনবা তাই।

অহুগা মখোয়মা তৌরুরিবা অহুগী মনা অমদি মমল অমত্তা লৌরোই। অহুগা মখোয়না শেল থুম লৌরুরবদি, মহু অকবা থৌদাং অমা নত্রে, মহুদি শেল তান্দূনা তৌবা থবক তাই।

উলক কবশিংগী মঙকশমদা পুন্নিবা স্কার্ফ (scarf) মতোনগী কিশি অহুনা কবশিংদা মখোয়গী অকবা থৌদাং তৌনবা নিংশিংহল্লি। অহুগা মখোয়না কব অমা রাশক্রবদি মখোয় নোংমদা অকবা থবক অমমম তৌব কাউরোইদবনি।

## কবনা ময়া হিগৎলি (নোক-খে)

কবশিংবু মুম্না য়েংশিল্লবদি মখোয়দি মতম পুম্নমক্তা হিগৎতুনা লৈ। মখোয়দি অয়াম্বা মতমদা মোমোন মোমোন নোকই। মখোয়না নোক্লিংত্রবন্থ মখোয়না হেম্না কপনিংবা মতমদন্থ তেদে। থাংথৈঙমকশেংনা হায়রবদি কবশিংনা মতম পুম্নমক্তা অরাবা থুদোং-থিবনচিংবা তায়বন্থ নোকই।

মতম অমদা ফ্রেন্সিপ পালমার কৌবা ১৮ শুবা ব্রষ্টোল গ্রুপকী উলফ কব অমা গাড়ীনা তকথাঈহনা মহাকী মথোঙ ওইখংবা অহু অনি থোক্লা তেক্লমই। অহুগা মাগী মমাইস্থু নাকল অমা খীনা শোক্লমই। মহৌশানা অঙাং হায়বসি য়াম্না অৱা অনা চাওগল্লি, অহুবু ডাক্তর অমম্থুং নৰ্শশিং অহ ওক্লহুনা অঙাং অহুগী থৌনা কবা উরহনা হংলমই। মহুদা অঙাং অহনা মহাক উলফ কব অমনি অহনা মহাক্লা কপতবনি হায়রম্মী।

## ইউনিফর্ম

অতোপ্পা শাশিংগুম্না জঙ্গলগী লৈশাল মচাস্থু মথোঙ মরি, মকোক অমা অমম্থুং মমৈ অমা পাল্লি। অস্থুম্না হামেং, ওক, নত্রগা জিরাকশিংগীস্থু লৈ। অহুবু মথোয়শিং অসি মাম্নবা মথল অমগী মচু লৈতে। অহুবু লৈশালদি মাগী মওং মচুনা শা অযাম্বগী মরক্তগী হায়বা ওমই। মতৌ অহুগুম্না অঙাংগী উলফ কবশিংস্থু অতোপ্পা অঙাংগুম্না মথোঙ মথুংনচিংবা লৈ। অহুবু মথোয়না লেংলিবা ফিজোল অহু অতৈ অঙাংশিংদগী তোঙাম্লী। মরমদি মথোয়না কবকী ইউনিফৰ্ম হায়বদি, জরসি, খোংগ্রাও অককপা, খোংমোজা, ভুবী অমম্থুং মথোয়গী পেক্কী মচুগী স্কার্ফ শিজিমৈ।

জঙ্গলগী কবশিংগুম্না মথোয়না ইউনিফৰ্ম অহু লূ-নাম্না থমই, মথোয়না লৈখোম লৈনাং অমম্থুং অমোংপা অমতা পকহন্দে, মহু শেগাইদনবা কম্না চেকশিল্লি। অহুগীস্থু মথক্তা উলফ কবশিংগী ইউনিফৰ্মগী হেন্দোক খোইদোক্লা অৰ্থ লৈ। মহুদি মথোয়না পথিবী পুম্বগী চাওরবা মচিন-মনাও ওইবগী মেম্বর ওইরে।

মী অয়াবনা ইউনিকে'র শেৎপা অডাং উয়বা মযায়া খুদুং মরমদি মখোয়না মহাক অসি ইচম চমবা মুপা মচা নত্তে হায়বা খাই। অদুগা মহাক্না নু-নামা অমসুং মশা থিং-থিং লাউই অমসুং মহাক্না য়াথং ইনবা অমসুং অডাংশিংগী অকবা থৌরম তৌগনি হায়না খাবে। অদুববদি, ইউনিকে'র শেৎপা কাউট অমনা লান্মী অমত্তয়া মখোয়গী মথৌদা পুক্নিং চঙই। মখোয়না মথৌ পাংথোক্কবা হোৎনবদা অরাবা খুদোংথিবা অমদি মথৌ খারবা ফাওবা করিন্নু হনবা তৌদে। অদুনা উলক কব অমনা মহাকী মথৌদা পুক্নিং চঙগনি। করিগুম্বা মচ তৌবদা খুদোংথিবা থোক্ক-বদা মহ করিন্নু লাচুংদনা মথৌ পাঙথোক্কবা হোৎনগদবনি।

উলক কব অমনা ময়ামগী মমাংদা তৌগদবা মথৌদি, মহাক্না কবকী লো অমসুং য়াশক পাংথোক্কবা হোৎনবনি। অদুনা অচুম্বা উলক কব অমা ওইনবা মখোইনা মহু চিম্ফা পুহনা নীংথিজনা খঙলপা ফজনা পাংথে'ক্কবা হোৎনগদবনি।

হৌজিক মখোয়না ভমধ্রবা কবকী য়াশক, কব লো, সলাম, প্রাণ হোলনচিংবা নিংশিংলিব্রা য়েংশি। মখোয়গী অকেলানা অসিগুম্বা মামরবা পোৎলমশিং অসিদ নীংথিজনা হায়বিগনি।

## তেন্দরপাদ অমগী ফম হাপ্পগী মথৌ

কনাগুম্বা অমা উলক কব অমগী য়াশক লৌবা মতমদা মথাগী থৌরম কসি তৌই। রিক্রুট অমা পেরেড সার্কলদা পুশিল্লি। মহাকী চুপী অহ মমাংদা লেপ্লিবা কবমাস্তরগী মনাক্তা থমই।

কবমাস্তর—নংনা উলফ কব পেক, প্রান্দ হোল অমসুং সলাম অহংগা লোয়ননা কবকী আইন অমসুং রাশক থংলব্রা ?

রিক্রুট—হোয়, অকেলা, ঐ থংজরে।

কবমাস্তর—অহুদি কবকী আইন করিনো ?

রিক্রুট—কবনা ওলদ উলফতা পিনৈ। কবতি মশাগী রেংদে।

কবমাস্তর—নংনা উলফ কবশিংগী রাশক শরুবা শেম শাহ্না লৈব্রা ?

রিক্রুট—অহোয় অকেলা। ঐনা রাশকচরি, মহুদি, হেক ওমজবা মথৈ ঈশ্বর অমসুং ইরৈবাকী মকমদা ইথৌ ভৌজগনি, উলফ কব পেকী লো অহু ঙাকচগনি, অমসুং হুমিং থুদিংগী অকবা থৌরম অমমম পাংথোকচগনি। (রাশক অসি শক্লিঙৈদা পেক অপুম্বা লেপথংলগা সলাম তৌগনি)

কবমাস্তর—ঐনা, নংনা রাশক অসি নীংথিজনা ফজনা ঙাকনি হায়না থাজে। নং হৌজিক উলফ কব অমা ওইরে অমসুং স্কাউটকী মচিন মনাও ওইবগী মহুংদা অমা ওইরে। (মঙোন্দা মাগী বেদজশিং, মাগী তুপী উপশিনগনি—মহু চুয়া উপনবা চোকশিনগনি থুং ওইনা থুং শোক্লগনি। কবনা য়েংথংবা থুংতগী ওই থংবা থুংলোমদা বেদজশিং ওনগনি অমসুং থুং য়েংনা কবমাস্তরদা সলাম তৌগনি। অহুদগী ওস্নোক্লগা পেক্তা সলাম তৌগনি। অহুদগী মিংকুপ থরা চেকশিন্না লেপকনি অমসুং পেক্না মহাকপু ওকপগী মওংদা সলাম তৌগনি) অহুদগী মহাক সিক্সতা য়াওহল্লে।

গ্রান্দ হোনগা লোয়নবা খোরম অহু লোইশিল্লি মহুদগী তেন্দরপেন্তনা হৌজিক ইহান হায়া চঙবা ঙমলে

## সিক্ষ

হৌজিক মহাক অনৌবা মরূপ অমা ওইদরে অহুবু তেন্দরপাদ ওইহনা পেক্সী ইউনিকে'াম শেংলে অমস্তুং মহাক্তি পেক্সী মেম্বর অমা ওইবদা মস্তনা মহাকনা পেক অমা শান্নিবা সিন্সেসকী অমনি।

সিক্ষ অমা হায়বা অসি লিদর অমগী মথাদা অঙাং তরুক্না শেমই অমস্তুং মসি মতম পুম্নমক্তা থবক তৌম্নবা, শামবা পুনশিল্লি। সিক্ষ অমমমবু উলককী মচুগী মতুং ইম্না অমুক উলক, রাওথাংনবা উলক, অঙৌবা উলক, উং মানবা উলক নত্রগা অঙাংবা উলক কৌই।

কব থুদিংনা মখোইগী পান্বোমদা ফিগী ত্রিভুজগী বেদজ অমা সিক্সগী মচুনা থেংলি। সিক্সকী লুচিংবা অমবু সিক্সর কৌই অমস্তুং মাগী ময়াথং অহু সিক্সশিংনা ইল্লি। সিক্স অমগী মথং অহু মেকেও কৌই অমস্তুং মহাক্না হেক ঙম্বা মতমদা সিক্সর অমগী মতেং পাংই। পেক অহুগী মস্তুংদা থাইদগী ফবা সিক্স অমা ওইরবা মখোয়গী কব থুদিংনা অমগা অমগা মতেং পাংনৈ।

## ৩ শুবা পন্দুপ

## "ষ্টার"

হৌজিক মহাক্না ভেন্দরপাদ অমা ওইরবনিনা মহাকী ডুপীদা ষ্টার অমি থেংপা য়ারে। মহুনা মহাক্না থবক তৌবদা নীংথিজনা তৌবা উৎনবনি অমস্তুং মপুং ফানা উলক কব ওইরে। তৌইশুবন্তুং কবকী য়াশক অমস্তুং আইন কাউদে। ময়মদি মহাক্না কম হাপ্পগী মতমদা তমগ্রবনি অহুনা মহাক্না মহু থাদোকপা অমস্তুং কাউথোকপা তৌয়োইদবনি। মহাক্না মখোইশিং অসি মতম পুম্নমক্তা নিংশিংহুনা অতোপ্পা মীশিংদা ইতৎ-তত্তুনা হায়বদা নত্তুনা মহাক মশা অহু হুদ্রিং খুদিংগী পাওথোক্নবা অমস্তুং অকবা থবক তৌনবা হোৎনপনি।

অয়াম্বনা যোই স্কাউটকী বেদজ উরগা থওবা ওমই মতুদি তেকৈশী মতোন্দগী মপানথংবা নাকল অনিদা ষ্টার অমমম লৈ। মখোই অনি অহু উলফ কবনা স্কাউট অমা ওইদ্রিবৈদ অরংবা মমিং অনিনি। মসিগী অথদি স্কাউট অমনা মহাক্না তমথ্রিবা হৈশিংবগী থবকশিং কব অম ওইরিবৈদগী নীংশিংই। অহুগা মহাক্ল খুদিং-মকপু উষ্ট, মহাক্না থওদবা কনিস্ন লৈতে।

ষ্টারশিং অহু ফংননবগীদমক্তা কব অমনা খুদোংথিবা থবক কয়া তৌবা তাই ময়মদি মহাক্না সেকেণ্ড ষ্টার ফংলবদি মহাকী মমিং অনিমক অহু জনলগী ময়মদ থংলে হায়না উৎলি। হৌজিক কয়ম্না কাষ্ট ষ্টার ফংগে হায়বহু য়েংসি।

## "ফাষ্ট ষ্টার"

তেগুরপাদ অমনা ফাষ্ট ষ্টার মৎ ত্রিচৈদা মহাক্না কবমাস্তরশ্না মথাগিশ্নিংসি পাস তৌনবা হোৎনগনি।

১। ভারতকী জাতিগী কিরালগী মরমদা হায়গনি অমত্তুং করম্না পাইগদগে হায়বন্থ তাকনি। অচুগা ভারতকী জাতিগী ঈশৈ শকনি। অমত্তুং মসি করম্বা মতমদা শকদগে হায়বন্থ তাকনি।

২। মথাগী খৌরি মপুন অসি খওগনি অমত্তুং করম্বা মতমদা শীজিন্নবগে হায়গনি। মতুদি লিতোন মান্নবা মপুন অমত্তুং খৌরি লিশন অসিনি।

৩। করোংচাক য়ুংবা, শগোল তোংবী শানবা, চাওরাক্লা মিটর ২৫ রোম্না কোইশিনবা ফিগর ওক এইটতা চোংতনা চৎপা। বোল অমা খুৎ য়েৎ ওইনা তরুকরক মিটর তরারোম লাপ্পদা লৈবা কব অমনা কাবা ওন্নবা হুনবা। অতুগা মিটর তরারোমদগী হল্লকপা বল অমা খুৎ অনিনা তরুক্কি মতুংদা মরিরক কাব।

৪। কোক্লা কিলোগ্রাম অনিয়োম লুম্বা পোৎ অমা হাপ্লগা খুৎ অমতা পায়দনা নীংথিজনা মিটর তরারোম মাংলোমদা চৎলুরগা অমুক খোংশানথিবা মফমদা হল্লকপা। কব অমনা তুবী উপ্পা য়াই।

৫। মহাক্না কবিগীদমক্তা মখুৎ মখোং নাম্না অমত্তুং খুজিল অহু লুনা অমত্তুং তেম্না ককপগী মরম, য়া শেংনা খীনবা, নাতোন্দ স্বর হোনবা অসিনচিংবা হায়রগা মখোয়বু থবক ওইনস্থ তৌবা।

৬। ঘড়ী অমগী পুংজা হায়বা ওম্বা।

৭। পাম্বী মচা অমা হোইনবা।

৮। খোংঊপ, নত্রগা বুক জুরা অমা শেংদোকপা কীয়োন নীংথিজনা থুপ্চিন্দুন কবমান্তরনা পেন্নবা তৌবা। মরমদি মহাক্না মখোয়গী পেকী ডেনবু লুনা থমনবা হোৎনগনি।

৯। মহাক্না লম্বীগী থুদমশিং খণ্ডনবা হোৎনগনি।

১০। কব অমা ওইনা নীংথিজনা থা অহুম লৈগনি।

কাষ্ট ষ্টার অসি তুবীগী মমাংদা, ঊলক কব বেদজগী য়েৎথংবা নাকলদা খেৎকনি।

## ভারতকী জাতিগী ফিরাল

ঐখোয়গী ভারত জাতিগী ফিরালনা ঐখোয়গী থুদমনি। মসিগী অশাংবা অমসুং অপাকপগী মওংদি অহুমগা অনিগগী মপানি (৩ঃ২) অহুগা কৈনা মানবা কাতুপ কাতুপ মচু অহুমগী হায়বদি গেরুয়ানা মথক্তা অঙৌবনা য়াইদ চন অমসুং অশংবা থা থংনা লৈ। মসিগী ময়াইদা অশোকী চক্রনা শংবাম্ববা মচুনা গুাম্বোইরি। মসিগী অপাকপনা কাতুপ অমগী অপাকপগা অক্সানি। গেরুয়া মচুনা থৌনা অমসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপা; অঙৌবা মচুনা অহিংশা অমসুং মী থুদিংগী অকবা থনবা অমসুং অশংবা মচুনা থাজবা অমসুং থৌনা ফবা থংহল্লি।

জাতিগী ফীরাল অসিনা ভারতনা স্বাধীনতা ফংনবা অমসুং মাগী প্রজাশিংনা ভক্তি লৈবা অহুগীদমক্তা ঊৎলি। ফিরাল অসি

পাইহনবনা প্ৰজা পূন্নমক্কী ইজংনি। ঐখোয়না মসিদা ইকাই খুম্নবা উৎপনা ইথৌনি। স্কাউটশিংনা মরুওইনা চেকশিন্না হোং-নহনা অভোপ্পদা খুদম ওইনা উৎম্নবা হোংনগনি। করিগুম্বা ফিরাল



অমতনা জাতিগী ফিরালগী মথক্তা মখোঙ অমত্তদা রাংনা পাইবা য়াদে। মসিনা ইহান হানবদা য়েংথংবদা থমগদবনি। করিগুম্বা ফিরাল অমা কত্রবনু অহু হুন্দোক্লোই মকম চানা মাংহনগনি।

## করম্না জাতিগী ফিরাল পাইহনগনি

হৌজিক মী খুদিংনা জাতিগী ফিরাল অসি করম্না পাইবগে হায়বা খঙগদবনি। অহুবু মী অয়াম্বনা করম তৌনা ফিরাল অমা মথক মথা থম্নানা চিংথংলবদি স্কাউটশিংগী ঙমিংতা য়াম্না থীনা উই। ভারতকী জাতিগী ফিরালদি গেরুয়না মথক্তা থংগনি অহুগা

অশংবনা মথাদা লৈগনি। হায়রিবা অসি স্কাউট খুদিংনা কাও-য়োইদবনি।

## ১। ভারত জাতিগী ইশৈ

জণ গণ মন অধিনায়ক জয় হে। ভারত ভাগ্য বিধাতা। পঞ্জাব, সিন্ধু গুজরাট, মরাঠা দ্রাবিড় উৎকল, বঙ্গ, বিন্ধ্য, হিমাচল, যমুনা গঙ্গা, উচ্ছল জলধি তরঙ্গ' তব শুভ নামে জাগে, তব শুভ আশিষ মাগে, গাহে তব জয় গাথা! জন-গন-মঙ্গল দায়াক জয় হে! ভারত ভাগ্য বিধাতা জয়-হে, জয়-হে, জয়-হে, জয় জয় জয় জয় হে!

## ২। কিশিশিং

কব খুদিংনা কিশিশিং মীংথিজনা কিবা ওমগদবনি কিশিশিং অসি তম্বদ য়াম্না লাই অমম্ভুং মখোইনা হেক থওবগা মতু অতোপ্প-গীশিংদা কয়ম্না তোঁবনো হায়বা হেক্তা হায়বা ওমগনি। অহানবা ষ্টারগীদমক্তা কব অমনা য়াম্না কান্নরবশিংগী মতুংদগী অনিথক থও-গনি। মখোইশিং অতু তম্বদা থৌরি নত্রগা প্ল ষ্টিক রায়ার শিজিনৌ। কিশিশিং অতুদি অমনা থৌরি লিতোল মান্নবা মপুননি। অসিনা বেন্দেজনচিংবা পুনবদা শিজিনৈ। অতুগা অমনা থৌরি লিশম অসিনা থৌরি অমগা অমগা শম্নবদা অমম্ভুং পৈয়া অনী শম্নবদা শিজিনৈ।

## ৩। করোংচাক য়ুংবা

মন য়ুংবা অসি কোক্না লৈবাক্তা অতুগা মখোইনা মথক কায়-গংতুনা লৈবনি। অহানবদা লৈতানা কম্নগা মা লোমদা কোম্বো

অদুগা কোক্লা লৈবাক্তা পম্লগা খোংনা মথক্তা থাংগৎলু। মরু ওইবা নীংশিংগদবা মরমদি মতম পুম্নমক্তা তুদনবা হোৎনগনি।

## ৪। হওোই চোংবী

হওোই চোংবীদা তৌগদবা থাইদগী অফবা থবক্তি মহাক্না খুৎশাশিং অদু য়াংহনবনি। কৈদৌঙৈদম্ম কুম্বহুনা লৈরিবা অঙাং অদুদা কম্না নমথরোইদবনি। অদুগা খুৎশাদনা মনগন্দা শোক শোক্তুনা চোংগদবনি। অদুম তৌনা কব অমন মপাঙ্গল থুদেক্তুনা মখোয়গীদমক্তা লেপ্তুনা লৈরিবা অদুদা চোংলগা মখোয়না অদুক খুৎনা মখোঙ পাইরগা নীংথিনা লেপকনি।

## ৫। ফন ফন চোংবা

মসি হোৎনবগী মখা পোম্লি। উচেক অমগুম্না চোংবা তমউ অদুগা শামুগুম্না তৌগদু।

## ৬। বোন হুনবা অমসুং ওকপা

বোন অমা হুনবা হায়বা অসি য়াম্না লাই অদুবু কব অমনা মিটর তরা লৈরগা ওক্লবা হুনবা তারবদি হোৎনবা য়াম্না দরকার লৈ। বোন অমা ওক্লবা খুৎশি কবকী মওংদা শারগা বোল অদু ওকপা মতমদা থর্না চিংলপ্না চোংদনা ওকনি। অঙাং থরনা মখোয়গী মথুৎ অদু ইকন কম্না লৈরগা বোল কানবা তৌই, অদুম তৌরবদি মহাক্না কৈদৌঙৈদম্মু ওগ্রোই।

## ৭। নাতোন্দা স্বর হোনবা

মখোয়না স্বর নাত্তোন্দা হোনগনি। মরমদি চীনগী ময়াদা লৈবা খোরি অদু য়াম্না খোংলি অমসুং হেক্তা লোক থুংগল্লি অমসুং নাগল্লি। অদুনা চীন্দা স্বর হোল্লবদি অইংবা হুংশিংনা মদুদা থুদক্তা ফুই অমসুং মদু ইংই। অদুগা নাত্তোন্দা স্বর হোল্লবদি মসি য়োৌবদা লুম্বু লুম্বু শাই।

অসিদসু নত্তনা নাতোন্দা স্বর হোনবগী মরমসু লৈ। মতুদি হুংশিংতা মহিক অপীকপা তাউহনা লৈ, মখোয় অসি অপুক্কী মতিক শীকই মদুদি য়েংবদ উবা ঙমদে, অদুবু অপীকপা চাওখোকহন্নবা থুংলাইনা উবদি ঙমই। মখোয় অসি য়াম্না থুদোংথীবা জীবনি। মখোয়না হকচাং মহুংদা চঙশ্রবদি লাইনা মথল মথল তৌই।

য়াদা স্বর হোল্লবদি হায়রিবা মহিকশিং অসি চাকথাওদা চঙথিবা য়াই অমসুং অমাং অত্তা য়াম্না হোকহনবা য়াই। অদুবু নাত্তোন্দা হোল্লবদি নপনা নপশিলগনি অমসুং মপ শিংত্তোকপা মত্তমদা য়াওথিগনি। অত্তগা থবক কয়া শুবদা য়া কাখোল্লবদি ত্তিক কংথিগনি অমসুং ঈশিং খোয়াংগনি অদুবু নাত্তোন্দা হোল্লবদি হায়রিবসি খোক্লোই।

চিম্না চাক চানবনি অতুগা নাত্তোম্না হুংশা স্বয় হোম্নবগীনি। নোংচুপ আমেরিকাগী রেড ইণ্ডিয়ানশিংনা মখোইগী মচাশিং পুম্নমক নাত্তোন্দা হুংশা স্বয় হোনবা তম্বীনবা অহীং হুংথিলদা মচিন পুনশিল্লি। মখোয়না তৌরিবসি ফুম্বা মতমদা নাখোক্তনবনি। মরমদি য়েক্লবনা কোইশিনবা লৈবাক অমদা নাখোকপা হায়রবসি

য়াম্না খুদোং থীবনি। মখোয়না ইয়াই লায়না কদাইদ্না ভুম্লিবা হায়বা খওবা ওমই।

## ৮। খুজিলশিং

জপানগী লাম্মীশিংগী মরক্তা সিকাইশিংনা য়াম্না নু-হেন্নী, মখোয়না চাক চাক্লিভৈগী মমাংদা মখোয়গী মথুৎ হামদোকই অমসুং মখোয়গী খুজিলশিং অদু অমুক্তসু মোংনা থমদে। অসুম্না থাজনৈ মতুদি, খুজিল নাম্না থবনা সিকাইশিংগী মসুংদা অনাবা য়াম্না কল্লি।

মরমদি হু পুরবা অপিকপা মহিকশিং সুংশিন্তা ভাউদুনা লৈবা অদুনা অমোংপা খুৎকী খুজিল মসুংদা লোৎতুনা লৈ। মরম অদুনা চ্যেকশিন্না খুৎ লূনা তৌগনি। অদুনা খোঙ অমসুং খুৎকী খুজিল কজনা নীংথিজনা ককনি।

মখোয়না খুজিল ককপা মতমদা চ্যেকশিনগদবনি অমসুং তোইনা হাপ্তুগী নত্রগা তরানি তরানি খুদিংগী ককনি। অদুগা খোঙগী খুজিল ককপদা কোইন ককলোই ভুবৎ ককনি। খুৎকী নীংথিজনা ককনি অমসুং নীংথীজনা কোইনা ককনি। মসিনা খুজিল মচি চংবা: কৈ। খুজিল য়ানা চিকপা অসি য়াম্না ফংতে।

## "য়্যা"

কনাগুম্বা অমনা মাগী চিজাক অদু নীংথিজনা শাইদুনা চাক্রবদি মতুনা চাকথাপ য়োঞ্জগা ঈ নীংথিনা ওইবা ওমলোই। অদুনা ঐখোয়গী য়াশিং অসি নীংথিনা কম্না থমগদবনি। হু পুরবা মহিক-শিংনা য়াশিং নত্তনা অতোপ্পা হকচাংগী শরুক্তা য়াম্না লাইনা চঙবা

ওমদে। মখোয়না য়াগা তাইনবা যারি অদুদা চওথি অদুগা য়া নাবা খোকহল্লী। অদুদগী চিঞ্চাক অদু নীংথিজনা শাইরল্লোই। অদুবু ঐখোয়না য়া ওৎতনা থিনবা অমম্তুং কজনা শেংদোক্লবদি হায়রিবা মহিকশিং অসিদগী লাপনা লৈবা ওমই। ঐখোয়গী মনিপুরগী চৎনবী য়াহৌবগা চীন-য়া শেংবা মায়-মিৎ তাখোকপা অসি শোইবা য়াব্রবা মখৌ অমা ওইনা অমম্তুং চাক চাবা ত্তোল্লগা চিন-খা কজনা তেংথোকপা অসি শোইবা য়াব্রবা অমনি।

## "খোঙ"

ঐখোইগী খোঙ অসি মতম চুপ্পদা খোঙউপ উপ্তুনা লৈবা অসি কত্তে অদুনা ইওৎ-তত্তনা হামদোক্লদৌবনি। অদুগা খোঙ অসি খোঙউপ তোংব্রবম্তু য়াম্না লাপনা চৎপা ওমদে। অদুগা হুমাংদগী খোঙসি চোৎতুনা ঈশিং হানবম্তু য়াওই। মরমদি খোঙশিং অসি খোৎলকই অদুগা তক্লবা অদুদা লাইনা ঈশিং হাল্লি। মসি থিংনবা উপাইদি তোইনা ঐখোইগী খোঙ্‌উপ মোজ্জা লৌথোক্তুনা কংহনগনি। অদুম তৌরবদি উনশা অসি কৈদৌঙৈদম্তু চোৎ-চোৎ লাউহান লৈরোই। খোংঙ্‌উপ উপত্রিঙৈদা শাবন নোইথোক্লবা অমম্তুং নালহনবনা তক্লবা থয়া শাকৈ। করিগুম্বা মথোঙদা ঈশিং হানবা অনাবা অমা লৈরবদি মখোইনা মহু থয়া চ্যেকশিনগনি অমম্তুং মহু লাইনা ফগনি। অদুগা মখোইনা মাহু চ্যেকশিনদনা ঈশিং পোথাইগ্রবদি অনাবা অমা ওইগনি। ঈশিং হানবা অসি খোংঙ্‌উপ চিনবা অমম্তুং থুয়া পৈবদগী খোকই অদুনা খোঙ মোজ্জা

খরা থারপ তৌবা উপ্পগা ফৈ। ঐকদোইদসু খোংভুপ মরি চিন্না তোংলোইদবনি। মতুনা লাপনা চৎপা ঙম্মে ই। মহৌশানা য়াম্না চংলবদি পোৎ অসি চাওথোক্লকই অদুনা খোঙউপ খরা কোম্লপ তৌবনা শিংবা ওইগনি। মসিগুম্বা মরম খরা খরা অসি খঙলগা মতুগী মতুংইন্না চংলবনি লমখাং চৎপগী হুংঙইবা ফংগনি।

## পুং য়েংবা হৈবা

থাইন, থাইনা মমাংদৌদা মীশিংনা শাংঙা কাহুনা, হাৎতুনা; চানরিইদৌদা মশোমনা অহিং অয়ম্বুং হুংথিন্দা পুং কয়া তারবগে হায়বা দবক্কর লৈবমদে। অদুবু হৌজিক্তি মীশিংনা তৌগদবা থবক অসি অচুম্বা মতিক লৈনে অদুনা মেকেংগু অমা কাওবা দরকার লৈরে।

অঙাংশিংনা স্কুলদা তমলাপ পুংগী মশাংথোকপা তম্বদা খঙগনি মতমদি সেকেণ্ড ৬০ না মিনিট অমা মিনিট ৬০ না পুং ১ পুং ২৪ না নোংমনি। ঐখোয়না থম্লই হুংদি ঘড়ী অমগী মমাইদা অচৌবা কাটা অনি লৈ। অমগা মমেগা ১২ লে অনম্বা অপিকপা লৈই মচা ৬০ লৈ। অতেনবা কাটা অদুনা ঘণ্টা ঘড়ীগী মমাংদা লৈ। মসিনা অঙ্ক মমেক্কশিং অহুম্বী ময়াদা থিনবা ... পুংশিং হায়। অদুনা মসিবু পুংজাগী কাটা হায়নো খোও।

থরা শাংবা কাটা অদুনা হেম্না থুনা চংলি মরমদি, মসিনা মিনিট তাকই মরমদি পুংজা কাটানা মশিং অমদগী মশিং অমা কাওবা চৎপা মতমদা মিনিট কাটনা মশিং ১২ অহু লোইনা চংকনি।

অঙ্ক ময়েক ১২ অসিনা থাংঙৈশেংনা পুংজা তাকই অদুগা মিনিট কয়া চৎপ্রবগে হায়বদুনা থিবদি মতম মাংই। অদুনা ঘড়ীগী মিনিট কাটানা হেক য়েংবদা মিনিট কয়া চৎপ্রবগে হায়না তাকই। মশিং অনিগী মঙুংদা মিনিট কা মচা লৈ। মিনিটকী কাটানা মশিং ২ দা লৈরগা মিনিট ০ নি ৮ দা লৈরগা মিনিট ৪০ ওইগনি। অদুনা কব অমনা মথক্কীশিং অসি থঙলবদি পুং কয়া মিনিট কয়া তাপ্রবগে হায়বা ঙমগনি।

## পাম্বী মচা অমা থাবা

মথাদা পীরিবা মরম অদুম অসিদগী অমা খল্লগা তৌগনি ঃ—

(ক) মরু অমা ঈশিংদা, ঈশংদা, লৈঙোই নপ্রগা লৈবাক্তা থাবা, নপ্রগা (খ) চেসনাট অমা নপ্রগা লৈবাক্তা থাবা নপ্রগা (গ) হঙ্গাম, হরাইমঙ্গল নপ্রগা উ হরাই উরিনচিংবা ফ্লামেন অমদা থাবা। মখোয়শিং অসিগী কব অমনা হেক ঙম্বা মথৈ নীংথিনা অঙম্বা তৌ।

## খোঙউপ শেংদোকপা

খোঙউপ নীংথীজনা কাপ থাবা তোংবদা পুক্লিংদা হুংঙাইবা পোকই। অদুনা কব অমনা মাগী খোঙউপ নীংথীজনা শেংদোক্নুনা কাপ তোইনা থাগনি। অদুনা মথাগী পোৎশিংসি চঙই :—

১। লৈখোমনচি বা খৎতোরবা থাং অমা চঙই।

২। অকন্বা ক্রুজ অমনা অমোৎপা শেংদোরবা চঙই।

৩। অমুবা শংননবা অমুবা ক্রুজ অম।

৪। কাক কৌটা অমা।

৫। অখোংপা লংখংহন্নবা ক্রুজ অমা।

৬। ভরুবা কীজেং অমা।

করিগুম্বা লৈখোম লৈনাং খোকপা জগাদা বুট শিজিন্নরবদি খাইদগী হেন্না কবা শেংদোক্লবদি কাক খাবগী মহৎতা গ্রীস তৈ-শিনবনা খাইদগী হেন্না কৈ।

## ফি থুপচিনবা

স্কাউটকী মতভি "শেম শারো" হায়বনি, হায়বদি অহিং সু'থিল অনিদা মখোয়গী মখোঁদা শেম শারো হায়বনি। লাম্মী অমম্মুং হিহোনবা, মৈ চাকপা কন্নবা মী অমম্মুং পুলিস অমম্মুং অতৈ অসিগুম্বা খবকশিংগী মীতমা মতম লৈবা খিবিক্তা মখোয়গী মফি মরোল অদু নৌংথীজনা থুপচিন্দুনা থমই। মখোইনা অমম্বা সুমিদাংদা কাওবা হেক পাইদুনা পুবা য়ানবা কীভমদা থমই। অম্মুম্না স্কাউট অমম্মুং ঊলক কবশিংম্মু অসি মডাই অমম্মুং মফী থুপচিনব মতমদা চোৎকশিন্না অমম্মুং মফম চানা হেক হেক হায়বদা পায়বা য়ানবা মফমদা থমগদবনি। মখোয়না অমুক অনিরক অমম্বদা ফুক হোৎগৎতুনা রেংগনি। মতুদি নৌংথীজনা শেম শাদুনা থন্নবা কীরোনশিং অদু পাক হেক পায়দুনা চৎপা য়াই। অদুগা মফম খওদনা কদাই কদাইদা লৈবগে হায়না খিনবা ভোরোই। মসিনা করিগুম্বা কান্দা মথরাই কন্নবা মরমম্মু ওইরকপা য়াই।

হিহোনবা অমসুং লান্মীশিংদি মখোয়গী মফী মরোল অছু য়াম্বিবমথৈ পিক্লা তাশিন্নবা হোৎনৈ। ঐখোয়না থংগলিবা অছু মঙাই মচুদি সিফাই অমনা মাগী মনক্লগী নম্বোদা ফিরোল হোং-দোক্লবা অমসুং পেং-চৈ শিঙ্ক্রম্নবা পুক্লে। অচুনা পোৎশিং অতেনা নীংথিজনা থুপচন্দুনা জাগা য়াম্না পিক্লবা হোৎনৈ। অঙ্গম্না কব অমসুং স্কাউটশিংনা কেম্প চৎপদা হেক য়াম্বিবমথৈ মফী ফরোল য়াম্না নীংথিনা পীক্লা থুপচিন্নবা লাক্লগনি। হায়খিবা অসি মখোয়না হাম্না হৈনত্রবদি তৌবা ঙম্লোই। মরম অচুনা মসি ময়ুম ময়ুমদা নীংথীজনা তম্বা তাই। অসুম তৌবনা কীদম্ব কহল্লি অমসুং মতম পুম্নমক্তা য়েংবদা ফজহল্লি। মসিদম্ব নত্তনা কব্বিগুম্বা মথোয়না ময়ুম থাদোক্লুনা দেশা জাগা জমদা লৈবা কান্দা মখোয়গী মপোৎ অচু নীংথীজনা ফাথুপ নাইনা থমফম চানা থম্নবদি, মচু কদাইদা লৈবগে হায়না থায়বদা য়ারোগ।

## লু-হেনবা

ফাষ্ট ষ্টারগী অহানবা চা য়েংবদা মখোইগী পেক্কী দেন হায়বদি লৈফম অছু য়াম্না লুন অমোং অকাই লৈহন্দনা মখোয়গী আকেং-লানা য়ম্নবা তৌগনি। অয়াবা মীনা কবিসু থম্দনা অমোং অকাই, চুরুট পত্তেক, বক্স টিকেট, হৈ-রা মকু, চে মচেৎনচিংবা ষ্টচাই চাই-থই। হায়রিবা অসি স্কাউট অমসুং কবশিংনা নীংথীজনা লৈহল্লবদি অমতা ঊবা ফংলোই হায়না আশা তৌই। মরমদি মখোয়না হায়খিবা পোৎশিং অসি মফম চানা থমগনি। মসিনা

লম্বীশিংবু লুহন্দবা নত্তনা খুদোংথীবা কয়া থোকহল্লি। লম্বী চচ্চবা মীশিংনা হৈরা মকুদা নাম্থুদুনা মখোং মথুৎ তেকপস্থ কয়া অমা য়াওহল্লি। মতুগী মথক্তা অপুম্বা হৈ-রা মকু মরাংদগী মহিক পোকহন্দুনা মুংশিং মুংশা শংহনদে। অদুবু কবশিংনা অসিগুম্বা অমোং অক্বাইশিং অসি চাওথৎপা সহরশিংদদি লোথোকচবগী খুদোং চাবা কংত্রবস্থ লৈরক্তা করিদা তৌগনি। মরম অদুনা কবশিংনা কৈদোউঙেদস্থ লম্বীদা কেম্পত্তা চে মচেৎ উটহে মকু মরাং চুন্দোক্লোইদবনি। হায়রিবশিং অসি অমোং অকায় হাপ্পবা জগাদা থাদবা নত্রগা মৈদা থাজিনগনি। কেম্পত্তা লৈরবস্থ মখোইগী দেন অতুগী লুবা হেনবগী মরমদা চংওপোকচগনি।

## লম্বীদা য়েংথাই থিঙ্গায় লৈহন্দনবা

কনাগুম্বা অঙাংশিংনা লম্বীদা কাতু কারন চৎতুনা শান্নবা য়াওই। মসি য়োংনচিংবনা তৌগদবনি কবশিংদি তৌরোই। মীশিংনা পঞ্চুনা করিগুম্বা তৌরুরবস্থ মতুগীদমক্তা মতুংদা নিঙম্নক্তবা থবকস্থ লৈ। মখোইনা কব অমা ওইবনা মখোই মশাদা কান্নবা পোকপদা নত্তনা অভোপ্পশিংদস্থ মতেং পাংবিদুনা মুপী অঙাং, অহল লমনশিংবু লম্বী লমথাংদা খুদোংথীবা থোক্তনবা শিনবিগনি।

অদুনা কবশিংনা অহানবা লম্বীগী থুদমশিং থঙবা তাই। লম্বীগী করম্বা মফমদা অমস্তুং মতমদা লাকদগে হায়বসি য়ান্না কান্নবা মরম অমনি। মসিনা মীরৈবাক্তী মফমদা তোকম থোকপা মথৌ অমনি। মরমদি প্রজা অমা ওইবগী মথৌ অদু মীরৈবাক্তা তৌবা তাই।

## থবক তৌগদবা

করিগুম্বা মখোইগী মরক্তা রোভর স্কাউট য়াওরবদি মখোইগী মোত্তদি থবক্লি। অদুনা মখোয়না অকবা থৌরম তৌরবা অমসুং থাংচৈঙেংবা অকনবা থবক তৌনবা হোৎনগনি মসি রোভরশিংগা কবশিংগা তৌগদবনি। মরম অদুনা অহানবা ষ্টার ফংননবা মখোয়না থা অহুম নীংথিজনা থবক তৌগনি। মখোয়না পেক্কী মিটিংদা তত্তুনা মতম য়াওদুনা মখোশিং পাংথোক্কনি। মিটিং য়াওবদনসু মতিক চাদে। মখোইনা পেক অদুগী কবশিংবু মত্তেং পাঙননবা য়াথংশিং ইনগনি। পুম্নমা শানমিন্নবগা লোয়ননা অতৈ থবক ইচ্ছাং তৌগনি। অদুগা মখোয়না স্কাউটকা লোয়না অমসুং রাশক ভাকপা অমসুং মতম লৈবা খিবিক্তা চংমবা হোৎনগনি। মসি পেক্তা লৈরিঙৈদা নত্তুনা ময়ুমদা স্কুলদা অমসুং মফম পুম্নমক্তা তৌগদবনি।

মথক্তা হায়রিবশিং অসি নিংথীজনা তৌরবা মতমদা মহাক্না অহানবা ষ্টার ফংগনি। আকেলানা মখোয়দা মসি পিবা তমদা য়াম্না চাওথোকচনা থেৎচগনি।

## সেকেণ্ড ষ্টারগী চাংয়েংবা

হৌজিক কবশিংনা হান্নদগী থরা হেন্না মমিং মনা শিংলগনি। মখোয়না চাওবা হেনগৎপা কনথৎপগা অমসুং শিংবা হেনগৎপগা লোইননা মখোয়না থরা হেননা লুশিনবা থবক তৌবা ভারে মথুদি :—

১। কোম্পাস অমা শিজিননদুনা মরুওইবা মতোন নিপাল অদুগী মরম হায়বা।

২। মথাগী কিশিশিং অসি কিবা ওয়া, অমসুং মখোয়গী শিজিননফম তাকপা মদুদি শামু খুরৌ, অমসুং লিরিমপুন।

৩। শেল শিজিননবগী মরমদা য়ায়া নীংথৌজনা থংবা অমসুং মদু থবক্তা তৌদুনা উৎপা।

৪। উ, য়োৎ কার্দবোর্দ, অমদি অতোপ্পা পোৎশক্তা করিগুম্বা শকনাইবা অমা শাবা নত্রগা মোজা লোনবা, ফী শাবা অদু নত্রবসু চোক মত্রগা রংনা ফিরাল লৈ-নচিংবা য়েকপা।

৫। ইমুং-মচুংদা মৈ অমা হোৌবা। কবিগুম্বা রাহৈ তরা-মওাদগী হেন্দবা পাও অমা খোংনা চেনবা নত্রগা সাইকল তৌদুনা অকক্লবা লম্বীদা চৎতুনা চুন্না পিবা পব্রিকী টেলিফোন শিজিন্নবা হৈবা ·অদুগা ফোন লৈরবা মফমদা করন্না অরাবা খুদোংথীবা মতমদা ডাক্তর পোলিস অমসুং কাইয়ার ব্রিগেটকী মতেং ফংনবগী মরম তাকপা।

৬। খোও অনিমক থজৎতুনা মাঙলোমদা তরামওা তুং হন্না তন্না মওারক থৌরি চোংবা। মিটর তরামুক শাংবা মিটর $\frac{1}{6}$ পাকপা উবাক অমা মিটর অহুম ব্রাংনা থন্নগা মথক্তা চৎপা।

৭। খুৎতা অশোকপা অমবু করন্না শে দোক্তুনা বেন্ডেজ পুনবা। খোগাইবা অমদা অমোৎপনা থোক্হন্বা খুদোংথীবশিং অদু খওবা করিগুম্বা অচম্বা অশোক অপনগী মরমদা ডাক্তরং লাক-থবা অমসুং অহল লমনগী মতেং ফংনবন্না কৌব নিংশিংবা।

৮। য়ুমশা নত্তবা উচেক অহুমগী মরমদা য়েংবা অমসুং মখোয় মপুন্সি খঙদোকপা লোয়ননা উপাম্বী অহুম অমসুং প্রকৃতিগী পোং-লম অহুমসু কব অমল খন্দোক্লনি।

৯। কুব অমা ওইনা নিংথীজনা থা মাপল থবক ভোগনি।

সেকেণ্ড ষ্টার অসি তুবিগী মমাংথংবদা থেংলি অহুগা উলক কব মেজ্জদগীদি ওইথংবদনি।

## কোম্পাসকী মতোলশিং

কনাগুম্বা অমবু পাওই থাবা মতমদা অরাংয়োমদা নত্রগা মথাদা চংলু হায়না মাইকৈ অমা পিহুনা থাই। অহুগুম্না হি চংপা সিকাই অমসুং স্কাউটশিংসু মহুম হায়না লমজিংই। অহুনা মখোয়না কোম্পাসকী মতোলশিং অহু খঙবা তাই। অহুগা কোম্পাস হায়বা অসি ঘড়ীগুম্বা অপিকপা মমাই লৈবা থুংলাই অমনি। মসিগী কাটা অহুমতমক লৈ মহুনা মতম লৈবা থিবিক্তা অরাং মাইগৈগেঙদা ওন্দুনা লৈ। থমট থমডবা মফমদা অরাংতমক তাকই। অহুনা লাইনা কোম্পাসগী মতোন্না থিনবা মাইকৈদা ওল্লগা থুং অনি তিংথোক্তনা তুংলোম্না মথানি, থুং য়েং থংবনা মোংপোক্লি ওই থংবনা নোংচুপ মাইকৈ তাকই। মতৌ অম্না মায়কৈ লেপ্পা য়াই।

অহুগা কোম্পাস য়াওত্রবা মতমদা হুমিত্তা য়েংহুনা মাইকৈ লেপ্পা য়াই। মরমদি হুমিংনা নোংপোক্তা থোকই অহুগা মোংচুপ্তা তাই। মাইকৈ মরি লেপ্নব মথক্তা হায়খ্রিবা অহুগী মথক্তা অরাং

নোংপোক্কী কাচিন্না চিংখৈ, নোংপোক মরক্কা মৈরম, খা নোংচুক্কী চুংখক্কা মোইরাং লাইজি অমম্মুং নোংচুপ অয়াংগী মরক্তা কৌক্র লৈ। মসিগী মথক্তা মথক মখা অনী অমুক হাপচিল্লগা শুপনা মাইকৈ ওয়া লৈ।

## কিশি মকি

অহানবা ষ্টারদা য়ামা কান্নবা কিশি মকি অনী তমগে। অতুনা অনিশুবা ষ্টার কংগ্রিভৈদা কিশি অনী অমুকম্ভ তমগনি। মখোই অসি থরা লুই অতুনা মখোয়গী আকেলা নত্রগা সিক্করশিংনা ভাকশিগনি।

## শেল হৈনা শিজিন্নবা

মথংগী চাংয়েংবদি থরদং লুশিঙ্গি অমম্মুং মসি হিরম খুদিংদা শিজিন্নবা হোৎনগদবনি। অতুনা কবশিংনা মখোইগী লৈজরিবা চিঙ্গাক, কিরোল পোৎচৈ অমম্মুং শেলথুমগী ময়মদা চেকশিন্নবা হোৎনগদবনি। অতুগা পেক খুদিংনা মখোইগী দরখাস্ত ওইবা পোৎ হায়বদি খৌরি চোংনবা, সিগ্নেলগী কিরালনচিংবা পুম্নমক লৈযগী মহুৎতা শাই। মখোয়না মশাগী ইউনিফোর্মশিং অতু নীংখীজনা শিজিন্নতুন লু-হেন্না অমম্মুং কুইনা পুন্সিনবা হোৎনৈ। অরেম্বদা চিঙ্গাকমচিংবা মাংহনবা তৌদে।

পৈশাশিং অসি চেকশিনগদবনি ময়মদি পৈশাশিং অসি য়াম্নগা লুপা শারকনি।

## নোমনা শাবা

অমুক্তদা হেক ইনাক থুমবা হোংনরোই অয়াম্বা পোংচৈ ফংননবা অপিকপা পোংতগী থমজিনবা হৌগনি। অতুগা থক অয়াম্বনা মতম থরা লৈরগা যুম অমা নত্রগা হি অমা নত্রগা ইজিন-নচিংবা শাজবা পামই। অতুবু অহানবা খোংথাংদি মথোয়শিং অতুগী নোম্না অমা শাবা হৈবা তাই। মরমদি অচৌ অচৌবা থোং, জহাজনচিংবা শাগ্রিবা অসি অহানবদা নোম্না শাৱগা কোম্না শাখিবা গুহাক্তনি। মরম অতুনা কবশিংনা অচৌবা পোংচৈ শানিংলবদি হান্না অপিকপা নোমনা শাগদবনি। মথোয়না যুম অমা শানিং-লবদি হান্না শম্ফিংচেনা মচা অমা শাগনি। অমুক্সা শানিংলিবা অচৌবা পোং পুন্নমক্কী হান্না নোম্না অমা শাঙনা মওং লেপথোক্তনি। অতুগা মেকানো নত্রগা মতুগুম্বা পোংনা শাবা নোম্নাদি চাংয়েংবদা শিজিন্নবা য়াদে।

## মৈ হৌগৎপা

ইমুংদগী হেন্দোক্তুনা লমলক্তা লৈ-পোং হৌবনা হেন্না তুংঙাইবা কুমৈ অমা ওই। অতগা মথোয় স্কাউট অমা ওইরবা কান্দা মতু নোংমা নীংথীজনা তন্নক্তনি। ইমুংদা মৈ হৌগৎপা মতমদা থুনা থাগৎনবা অমম্বুং হেন্না মৈরি কনা চাক্লবা কব অমা ওইরিঙেদা তমগনি। ইহান হেক হানবদা মৈকম অতু লুহনগনি। হান্নগী উৎথি রাইথি শেংদোক্নি অমস্তুং লুনা শেংদোক্তনি। মী অয়াম্বনা মৈতাল হুন্দোক্তুনা শিং য়ম্না মাংহল্লি। অতুনা কবশিংনা লৈতালশিং

অহ্ য়াম্লিবমথৈ থনগৎলগা থাংজৈশেংবা উৎতমক হুন্দোক্নি। মৈতালগা কয়লা য়াময়গন্থু মৈরী হেন্না থোকই অহ্বু মনিপুরদা কয়লা কংদবনিনা কামদেঁ।

মৈ হৌগৎপদা য়াম্না চেকশিনগনি মরমদি মৈ হৌগৎপদা মৈরি থোকলোই অহনা কবশিংনা শিংদি থরদা হাপ্লগা চেনা য়াম্না হাপ্তুনা শিজিমৈ। থবর থরা শেগাইরগা তাশিল্লগা মহুনা শিং মথাদা থমহুনা অকংবা শিং মশা থরগা তাইননা থম্লগা মৈ থাগৎকনি। মসিদা শিং য়াম্না হাপচিন্দুনা ইফুন ফুম্লবদি মৈ চাকলোই অহুনা মৈরি কাওবা ওয়বা মরক মরক্তা হোহনগনি। মৈ নীংথীজনা চাথৎলক্তিবা কাওবা নীংথীজনা য়েংশিনগনি। অহুগা মৈ থাগৎলগা মী কনাস্থু লৈতনা হুন্দোক্তুনা চৎথোকলোই। মৈ নীংথীনা থাগৎপা য়াত্রবদি, শিং মৈচাক ওইরবা থরা থিরগা মহু কুপ্না থাইহনা হাম্না চাকহল্লগা থাগৎকনি। স্কাউটশিংদি অহাংবা লমহাংদন্থু মৈ হৌগৎলি।

স্কাউট থুদিংনা মথোইগী চাকথোংবা মফম অহ মথোইনা থাদোক্তিদ্রবা মুথৎকনি। মহাক্না ঈশিং হৈজিন্দুনা মৈরিক অমা কাওবা লৈতনবা তৌগনি। কালেন থাগী মতমদা মৈশিং অহনা লাপি-শিংথীদা য়াইপ্রবদি য়াম্না থুদোংথী ১স্থুং মুথৎপা য়াই। অহবু লমৈশিং অসি স্কাউটশিংনা কৈদৌঙৈদন্থু থাদে। মসিদি অপঙবা মী অমস্থুং চেকশিন্দবা কাংবুনা তৌই।

করিগুম্বা লাম্মৈ চাকপ্রবদি য়াম্না থুনা মথং মথং শন্দোকথিহুনা মুথৎনবগী উপাই লৈতে। মৈরম অহ্ থোকউবা শিং অহুদা লৈরম্বা

উ-ম্না নাপী শিংবী শা উচেকনচিংবা লোইনা চাকথেকই꞉ কয়িগুম্বা কাম্না মী ফাওবা শি। অদুবু স্কাউটশিংদি অমুক থৈরম লৌবা হায়দুনা তাঙ্গাচানা অমুক মৈ থাদোকখ্রগা অহাংবা ফাপা অদুদা লেপহোদুনা লৈশ্রেদগী কনবা ওমই।

মরম অদুনা মৈ হায়বা অসি য়াম্না চেকশিনবা দরকারনি।

## পাউ পুদুনা চেনবা

অনীশুবা ষ্টারগী চাংয়েংদা মসিসু অমনি। মসি অহানবদা পাও অদু নীংথীজনা খঙদোক্লগা থোংনা চেনবা নত্রগা সাইকল তোংদুনা হায়রুগদবনি। পাও অদুগী রাইথেলশিং অদু পুক্লিংচংনা তাগনি, চিনফা পুখোক্কনি অমশুং পাও থারিবা হুপা অদুগী মমাংদা অমুক হায়রমগনি। কয়িগুম্বা অরান অদুই য়াওরবদি মানা অমুক চুমথোরক্কনি। পাও তম্বা হায়বা অসি য়াম্না লুই। থঙ্জিক্না ওস্নোক ওমশিন তৌবদা য়াম্না শোয়বা য়াওই।

অদুনা পাও অমা অমদগী অমদা থাবা মতমদা পাও অদু শেংনা অমশুং চুম্না অতোপ্পা অদুদা তমগনি। অদুগা পাও মথং মথং মথং থাবদা অহানবগী অমা, অনিনা শোইবদা মতুংশিং অদুসু অদুম শোইখিগনি অদুনা পাওপুবি হায়বগী কয়িত ফাম্নবা লৈতে।

## টেলিফোন

পাও থাম্নবগী তোংঙান তোংঙানবা মওং লৈ। মাচুদি ফিরাল হাইদুনা, মৈ কাপতুনসু থাই। কয়ি কয়িগুম্বা মকমদদি বেন্ডুল অমদি ড্রম থিন্দুনা পাও থানৈ।

হৌজিকী মতমদা তেলিকোল অমত্থং য়ায়ারলেলনা পাও থায়বগী থুংলাইনি। অদুবু উমং য়াবং, লয়াই থয়াইদদি হায়রিবা থুংলাইসি লৈতে। অদুবু কবশিংনা করম্না তেলিকোল শিজিন্নগনি হায়বা অদু আকেলা অমদি অখংবা স্কাউটশিংদগী তমগনি। মসি তঝদা পাল্লিকী ফোম্না থুংঙাইগনি তেলিকোল অসিনা খংহৌদনা থোকপা মৈপোক লাংহৌনচিংবদা অথুবা পাও পিবদা য়াম্না কায়ে।

## থৌরিচোংবী

কবশিংনা মখোয়গী মমায়বা অনিনা থৌরি হায়রগা তান চানা মখোইনা চোংলমদবা য়াই। অদুগা মখোইনা নীংথীজনা চোংয়বা তঝদা মথা য়াম্না শীজিননবা য়াই। চুমত্রিং চুম্না লেঙ্বা লেংজুম হাইথহন্দুনা খোংশাশিং অদুনা থৌরি শোকলিং শোকমাং তৌনা লেপকনি। অদুগা মখোয়না কব অদু শেম শারম্না হায়না হংলগা য়ারে হায়রবা মতমদা মখোই অনীনা থৌরি অদু মহাকী কোকতোল্দা হায়গংকনি। মতম অদুদা থুনীং 'অনি পুনশিন্না খোংদোল হায়দোক্লগা চোংথংকনি অদুগা লৈবাক্তা অমুক নেংপা মতমদা থুন্ত থরা কোম্না লেপকনি। মাদুদগী থৌরি অদু মথল্তা পাইজদুনা চোংজবা তমউ। থৌরি অদু নিংথীনা থম্নগা য়াংলেন তিংনা লেপকনি। মখোয়না মাংলোমদা তয়ামঙা তুং হম্না তয়ামঙা মতোমতা চোংগনি। অমুম্না ময়ুমদা নাংথিজনা তম্নগা সেকেণ্ডয়ীয় পাস তৌগনি।

## উবাক লানবা

মিটর ওয়ামুক শাংবা মিটর $\frac{1}{8}$ অময়োম পাকপা উবাক অমত্ত্ব মিটর অহুম য়াংনা লৈবাক্তগী থাংগৎলগা মাহুগী মথক্তা কবশিংনা চৎকনি। অহুগা কবশিংনা নীংথীজনা লানবা ওমদে, মরমদি মখোইনা মশাগী চাং পুবা ওমদে অহুনা য়াম্না থুদোংথীবা চাংয়েংবনি হায়না খল্লি। অহুবু হোৎম হোৎনহুনা নীংথিজনা ওমনবা হোৎনগনি। অহুগা উবাক অহুগী মত্তোন্দা করিগুম্বা মখোইনা পাম্বা পোৎত্তা থরা থমলগা মাহু উবাক মথক্তা চৎতুনা লোক্লরগা অমুক উপাক্তা লাকউ হায়না হায়বদা মখোইনা থরা হৈনিংবা পোকনি অমম্বুং উবাক লানবা নীংথিজনা ওম্লকনি।

## অশোকপা মফম অমদা মোৎনা থম্বগী থুদোংথিবা

করিগুম্বা অমোৎপা উনশা অমদা অশোক অপন য়াওরবদি, অনাবা অহু নাই চাই অমম্বুং হেম্না কৎচনহন্দে। অহুগা অরুবা উনশাদা শোকপা ওইরবদি থুমা তাইশিল্লি অমম্বুং নাইনচিংবা চাদে। অহুনা মতম পুম্নমক্তা হকচাং লু-হেম্না থমগনি। অহুগা থরদং শোকপা মতমদা পুমথহন্দনবা হিদাক তৈশিনগনি।

অশোকপা পুম্নমক চেকশিনগদবনি, থর্জিক্তা শোকপা ওইবা য়াই থরা থীনা শোকপা ওইবা য়াই। অহু পুম্নমক নীংথিজনা চামথোক্কনি, উফুল য়াইফুল চঙদনবা কুপশিনগনি অহুম তৌরবদি থুনা তাইশিন্দুনা ফগনি। অহুগা কুপকদৌরিবা কি অহুম্ম অমোৎ অকাই পকত্তবা অমম্বুং মহিকনচিংবা য়াওদবা ওইগদবনি অইংবা ফুংশিৎতগী কুপশিনহুনা থমবম্ম শাথিগদবদগী থরা ফৈ।

## মৈ পোকপা

করিগুম্বা হকচাংদা শোকপা খোংপদা ঊনশা অসি তৎলি অতুগা মসুংদা লৈরিবা শাদোং ,অসিদি য়াম্না খোংলি অমসুং সুং-শিংনা মাসিদা চাকথেকই। অতুগা কনাগুম্বা অমা খঙহৌদনা মৈনা পোক্লবদি, ঊনশা অতু চাকথেকখিগনি অমসুং সুংশিংনা শাদোং মসুংদা চঙগনি। অতুনা মাসিদা ভোগদবদি মৈনা চাকখ্রিবা মকম অতু অথোংপা কদি নত্রগা অরুবা চেমচেংনা নপশিনগনি। হকচাংগী মপানথংবা শরুক অসি অদুকী মতিক খোংলি মাহু অকনবা পোং অমত্তা থোংবা য়াদে অতুগীসু মথক্তা নপ নপ লাওই। অতুনা করিগুম্বা কুপলিবা কি মত্রগা চে অতু মপশিনখিতুনা লোথোক্লবদা য়াম্না নাই অমসুং রাই।

করিগুম্বা ঈমুংদা অশোক অনা য়াওরবদি অরুবা কী মচেং অমা লুমবু লুমবু শাবা ঈশিংদা জুপলগা বেকীং পাওদর হাপলগা অশোকপা অতুদা থোমগনি। মতুদগী অমোনবা রুমাল থুপ্লগা নত্রগা শামতুপী মোন মচাপিশক অমা থারগা খেপ্দেজ পুনগনি।

## ঈশিংনচিংবা অশাবনা পোকপা

ঈশিং, থাওনচিংবা অশাবা মহিলাংবা পোংনা পোকপা অসিসু মৈনা চাকপগুম্না মথক্তা থুনা কুপশিনগনি। মাসিগীদি অরুবা কী মচেং অমত্তনা করিসু য়াওদনা কুপকনি। অতুগা অশোকপা অতু চেথাইবা অমসুং.ঙা থাংজি শাবদোনা ভোদনবা য়াম্না চেক-শিনগদবনি।

## থুরুৎপা

কনাগুম্বা অমা মৈনা চাকপা নত্রগা ঈশিং অশাবনা পোল্লগা নত্রগা অশোক অপন অমদগী থুরুৎকনি। . মাসিদা ইলেক্ত্রিক্ চিংশিনবগী রা য়াওদে।

কনাগুম্বা অমা অশোক অপন য়াওরবদি মী অমা থাহুনা থম্মা অহল ওইবা জ্ঞান তাবা মী কৌহনগনি। মাসি মহাকনা হৈবা পোৎ ওইরবনু তৌগনি।

জ্ঞান তাবা হুপা অহু লাকত্রিবা কাওবা অনাবা অহু শানা লৈমবা শিনবীগনি অমম্লুং মীয়াম্না লাংবা তাদনবা কৌইশিনবা অহু চৎথোকহনগনি।

## উচেক রায়া উপান লাকপাম

কনাগুম্বাশিংনা লম্লাই-থম্লাই চৎনুবম্ন য়াওরিগনি অমম্তুং সহরদা লৈবা কাংম্নুনা মনাক নকপা উমং য়ামং, লৈকোলনচিংবা চৎলমগনি। অহুবু মথোইনা চৎনুবা মকম খুদিংদা শা-উচেক, উপাম্বীশিংগী মরমদা য়েংনবা থুদোং চাবা ফংগনি। অহুগা মানা মউ য়েংলগা কর্ম্বা মশকনো হায়বা শুম্লনবা হোৎনগনি।

উচেকশিংনা লমলক্কী ওইগনি, অত্তুগা হায়গদৌরিবা মহৌশাগী থুশেম অহুম অহুগী মঙুংদা কব অমনা হায়থ্রিবা অহু হঞ্জিমা হায়বা য়ারোই।

## থবক তৌগদবা

কব অমনা সেকেণ্ড ষ্টার কংগ্রিৱৈগী মমাংদা মহাক্না মথোইগী আকেলগী মকমদা মরম পুম্নমক নীংথিজনা হোৎনরে অমন্তুং মাহু পুম্নমক কৈদৌৱৈদম্ব কাওররোই হায়না উৎকনি। মরম অদুনা মহাক্না থাংজৈশেংনা উলক কব অমা ওইহনা অতোপ্পা অঙাংশিংদগী থোইদোক হেনদোকপা মগুণ অমস্ত হৈশিংবা উৎকনি অদুদম্ব নত্তুনা হয়েং অহল ওইরবা ফাওবা অফবা মী অমা ওইরক্কনি হায়না থাজৈ। মরমদি মী অমনা মহাকী অঙাং ওইরিঙদা স্কাউট ওই-রকওবা অদুদি স্কুলদা তম্নকতবা মীগা চপ মাৱৈ। তৌইগুম্বম্বুং স্কাউট ওইরকপা মীদি মথোয়শিং অদুদগী হেন্না অফবা মীশক ওই।

## সেকেণ্ড ষ্টারগী পরিক্ষা লোইশিনবা

সেকেণ্ড ষ্টারগী পরিক্ষা লোইববা কবশিংনা মথোইগী মমিং মনা অদু শিংবা হেনগংলগনি। মথোইনা আকেলা অতোপ্পা কবশিং, অপামবা অমম্ভুং অতোপ্পা মীশিংদা হেন্না মতেংপাংবা ঙম্নগনি। অদুগা মথোইনা তমশ্রিবা তেন্দরপাদ, কাষ্ট ষ্ট র অমস্তুং সেকেণ্ড ষ্টারগী নিয়মশিং অদু নীংথিজনা কাওদনবা হোৎনরি অদুকীমথৈ কান্নবা ওইগনি।

## ষ্টার অনা ফংবা কবকী ফম হাপ্পা

তেন্দরপাদকী ফম হাপ্পগী মতাংদা পেক অদু অদুনা পেন্নেদ সার্কলদা শেমই, অদুগা কব অমনা সেকেণ্ড ষ্টার ফংবগী মতাংদদি

পুনশিম্না মকোক তুবী উপ্তুনা সার্কল মনুংদা লৈ। ষ্টার অনি কংবগী তুবশিং অমু অকেলনা হাপচল্লি অহুদগী কবশিং অহুনা মহাক্না হায়বী মাহুনা মখোইনা নীংথিজনা মপুঙ ফাবা উলফ কব ওইবগী পরিক্ষা পাস তৌরে। মহাক্না অনৌবা কবশিংনা মমিৎ মনাশিংলমদবা অহু মমিৎ পাংনরে অমসুং অতৈ থৌরম কয়া খং-হৈরে হায়না হায়বী। অহানবদা তেন্দরপাদ অমনা উলফ কব পেক্কী নিয়মশিং অহু তমই, মাহুগী রাশক অহু শক্তুনা মশা কমবা অমসুং মপাঙ্গল কন্দুনা থবক হৈম্নবা হোৎনৈ।

অহুগী মতুংদা মখোইনা মশাগী মখৌ করম্না তৌজগদগে, চোংফনবা, লমজেন চেনবা অতোপ্পা অমদা থুদম তৌবা, শাদানবা, মচিঞ্জাক থিজবা অমসুং মখোইগী পেক্কা ভক্তি লৈবা অসিনচিংবা তৌই। মরম অহুনা মখোইনা করম্না পোৎ শাগদগে, লাইয়েক-দগে, কিশি কিবগে অমসুং মখোইন. সমাজগী অমদি মরৈবাকী কাম্নবা অমা ওইন্নবা হোৎনৈ।

মখোইনা সেকেণ্ড ষ্টার ফংলিবনিনা নীংথিজনা তমলবা উলফ স্কাউটকী মখৌশিং তৌহুনা মমিৎ মনা শিংলবা উৎলহুনা প্রকাশ কাম্নবা তৌরগনি। অহুগা মখোইগী তুবীদা ষ্টার অনি য়াওবা উপ্তুনা মমিৎ অনিমক পাংলবা উলফ কবনি হায়বা উৎতুবা মাঙোন্দগী করিগুম্বা থৌরম অমত্তা নাম্থোক্তমবা হোৎনগনি। মখোইনা মতম লৈবাথিবিপ্তা শেম-শাহুনা তুংদা থোক্লকদবা থৌ-রমশিংগী মরমদা নীংথিনা পাঙথোক্লবা হোৎনগনি অহুগা অমুকন্দু হায়না তমগ্রিবা থৌরমশিং নীংশিংহুমা মাহু ঙাক্না চৎনবা হোৎনগনি।

অমুম তৌনা মীগী মতেং পাংবা মশাগী মথৌ পাওথোক্নবা হোৎনজনা মরৈবাককী সেবা তৌজনা মশা থীংবা অমসুং কান্নবা কবশিং ওইহনগনি।

পেক অহুগী তোতেম পোল তোঙানবা ফিরাল লৈজরবসু সার্কল মনুংদা পুশিল্লগনি। কব খুদিংনা পালি নাইনা কবশিংগী রাশক অহু অমুক হন্না শকনি। আকেলানা অমমদা তুবী পীরগা মথুৎ শোক্লগনি অমসুং থাগৎপিগনি। অহুগা পেক অহুনা অনৌবা ষ্টার অনি ফংবা কবশিং অহুনা মথোয় ক্রিস য়ৌদ্রিঙৈদা হরাউবিহুনা লাওবিগনি। অহুদগী থোদোক অসি গ্রান্দ হোল তৌহুনা লোইশিল্লি।

## হৈ-শিংবগী বেদজ—তোতোম পোল

ষ্টার অনী ফংলবা কবশিংনা মথোইনা হৈশিংবগী বেদজ লৈল্লিবশিং অহু ফংন্নবা হোৎনগনি। মরমদি কবকী লম্বীদা নীংখিজনা চৎথবা ওয়নবনি।

কব অমসু মানা পামজরবদি কাষ্ট ষ্টার ফংলগা হৈশিংবগী বেদজ অনিদগী হেন্না থেৎপা য়াদে। অহুগা মহাক্না অহুম সেকেণ্ড ষ্টারগী অমুম থাক চৎথগনি। কবশিংনা সেকেণ্ড ষ্টার অমসুং হৈশিংবগী বেদজ অহুম ফংবদা পিনবা লিপীং উলফ বেদজসু লৈ।

কবকী হৈ-শিংবগী বেদজ অসি কাওলুপ মরী থোক্না থারদোকই। খুদম ঃ—

১ বা কাংলুপ—বেদজগী মচু—অতিয়া মচু

২ বা কাংলুপ—খুৎশা হৈবগী শিল বেদজগী মচু—নাপু

৩ বা কাংলুপ—থবক ভৌবগী বেদজ মচুদি—অঙাংবা

৪ বা কাংলুপ—মশা কবা বেদজ মচুদি—অশাংবা

বেদজশিং অসি য়েংথংবা পাম্বোমদা লেংবানগী মরক্তা পরেং অমত্তদা থেংলি।

## ১বা কাংলুপ—অতিয়ামচু



### থোমজিনবা

থৌরম অসিগী মহুংদগী অমথক য়াম্না লূহেম্না, নিয়ম নাইনা, থা অহুম ত্তোন্থনা মহুগী মরমদা নীংথিজনা থঙনবা হোৎনগনি অমসুং মহুদা থরাই য়াম্না য়াওবসু উৎকনি। থোমজিনবগী থৌরম অহুদি কব অত্তনা থনজগনি। মহুদি, ষ্টাম্পশিং ডাক্তীমুহর নম্বগী-মমি, লাইয়েকপা পোষ্টকার্দ, চুরুপ উপু, উহৈ য়োম্বা চেথাও, মৈথেৎ উপু, শেলময়েকশিং উচেকমতু, উনা নম্রগা লৈশিং মথক্তী অরোইবা অসিগী মহুৎতা ফোতোগ্রাফিক নগ্রেগা কারবোন স্রি প্রা-দক্ষমসু য়াই। নম্রগসু থবরদগী অককপা থম্নবা ডাইরী অমা থা অহুমগীদমক থমগনি।

### য়েংশিনবা

১। মথরাই পানবশিংদগী য়েংব য়াবমথৈ য়েংশিল্লগা মথোয়গী লমচৎ শাজৎতগী লোবা য়াবা লোশিন্নবা হোৎনগনি।



(ক) শান্নম তরুকতগী নত্রগা

(খ) উচেক য়ান্না তরুকতগী নত্রগা

(গ) বসন্ত ঋতুগী লৈরাং তরুত্তগী নত্রগা
কালেন্থাগী লৈরাং তরুত্তগী নত্রগা
শরত ঋতুগী লৈরাং তরুক্তগী।

(ঘ) উপাল তরুক্কী।

২। অমুক্তা খঙত্রিবা লমদা লম্বী পুখোকপা, মসি তৌম্নবা পরিক্ষা লৌরিবা অতুগী তাকপা মতুংইন্না তৌগনি অতুগা মিতর ২৭৫ দগী হেননা লাপহনলোইদবনি। নত্রগা কোম্পাসকী মাইকৈ, লৈবাক্তা খুদমতৌবা মত্রগা লমগী সিমনাগী খুদম নত্রগা মখোইশিংসি পুনবা।

৩। কির্মস মশানা ( kim's game ) শাম্নবা ঙম্বা মশীং তম্নানিখোইদগী মাপম খনবা অতুগা ক্রপতা তোঙান তোঙান খনবমু তৌনদে।

## মালি ওইবা – gardener

১। লৈকোন মচেং অমবু চেকশিন্না হোংনহ্নমা লৈত্ত থাগনি।



য়ান্নবদি স্কোয়ান্ন মিটর তম্নাতরুক চাও-রাকনা মিটর মন্নী পাকপা মন্নী শাংবা ওইরবদি কৈ। মাসি য়ামত্রবদা থা মরিরোম তৌগনি।

২। মখাদা পীরিবশিং অসিদগী মমিং তরুক তরুক হায়গনি–

(ক) লৈকোনগী লৈরাং

(খ) য়েনশাং মনা-মশিং

৩। থেংনবা তাকপা অমসুং মমিং হায়বা—

(ক) নাপীশিংবী মরি

(খ) লৈকোনগী য়েক্নবা অহুম।

(গ) লৈকোনগী চান্নবা অহুম।

৪। থুংশু থুংলাই হায়বদি, য়োংপাক, ফোর্ক, খোরবাই ( hoe ), তাংজি ( trowel ), রেক ( rak ) নচিংবা নিংথিজনা শিজিন্নবা উৎকনি। অহুগা সহরগুম্বা লৈকোন মচেৎ অমা ওইননবা জগা লৈত্রবন্দু মখোইগীশিংসি নম্বর ১ অমসুং ৪ গী মহুৎতা শিজিন্নগনি।

৫। উইন্দো বোক্স ( window box ) অমবু থা মরি চেক-শিনগনি অনিদগী হেনবা চহি চুপ্পা হৌবা পাম্বিবু চফুদা থারগা থা মরি চেকশিনগনি।

৬। মথাগীশিং অসি অনী থাগনি।

(ক) পাম্বী মচা অমবু ঈশিং, ঈশং, লৈঙোই নত্রগা লৈবাক্তা থাবা।

(খ) চেসনট নত্রগা একোন অমা ঈশিং, লৈঙোই নত্রগা লৈবাক্তা থাবা।

(গ) হঙ্গাম, হরাই, হরাইউরিনচিংবা থাবা। অহানবা ষ্টারগী পরিক্ষা অহু হনজিলোই।

## ২বা কাংলুপ-নাপু মচু

### লাইয়েকপা মী— Artist

১। পরিক্ষা লৌরিবা ওঝাগী মমাংদা পেনসিল, ব্রস, কলম, নত্রগা চোক পেনসিলনা ইচম চম্বা রারি অমগী লাই নত্রগা থৌদোক অমা সেন্টিমিতর তরাহুমদোইদগী কুন ফাওবা চাওনা য়েক্কনি।



২। মথাশিং অসিগী ময়ক্তগী অমবু তৌগনি।

(ক) কলম অমম্বুং মুক নত্রগা পেনসিল্লা যেশা, শা নত্রগা মীগী শককম অমা নিংশিংহনা য়েকপা।

(খ) মহৌশাগী খোঙচৎতগী দৃশ্য অমা নত্রগা মথরাই পানবা কাংলুপ অমা য়েকপা।

(গ) থা অহুমগীদমক্তা লাই য়েক্কনবা বই অমমম থম্বা।

(ঘ) লৈথেৎ মচৈগুম্বা লৈইনা লাই মরীদগী তাদনা রারি অমা য়েকপিবা।

(ঙ) মুক, পেন্সিল, ব্রস নত্রগা চোক পেন্সিলনা ইচন চম্বা গ্রিটিং কার্দ য়েকপা।

(চ) শককম অমা লৈবাক্তা, নত্রগা প্লাসতিক্তা শাবা।

অঙাং অমনা মহৌশানা পামলিবা মরম অহুদা পুক্তিং থৌ-গৎপিগনি।

## ইমুং মনুংগী থবক—Home craft

য়েংতুম অমা লেংলগা কুদাম অমা পানবা, শেগাইবা জগ্লি অমা লংনা লোনবা ( মাঙ্গ্রি শাবা ) শেগাই তুগাই ফোংপা অসিনচিংবা মথাক্সীশিং অসিদগী অনি তৌগনি।



১। কান্নবা পোৎ অমা লোনবা।

২। লাং মচা অমা লোনবা, পোৎ অমা পুবা য়াননবা।

৩। কী অথাবদা লংনা লোনবা।

৪। বোরাদা নত্রগা কী অথাবদা কীদা লোনবা।

৫। মহাক্তা স্কার্ফ শুদোক্লগা ইস্ত্রি তৌকপা।

৬। থুম্মোক অমা শাবা।

৭। কোনা মনা Raffin না কান্নবা পোৎ শাবা।

## শান্নপোৎ শাবা—Toy maker



করিগুম্বা হি অমা, মোতর, কার, লাইকদিবী, শা নত্রগা শান্নপোৎ মওং চানা শাবা অমম্বুং মচু চুম্না তৈবা অসিনচিংবা মথল অনি স্কাউট মাষ্টরনা য়াগদবনি।

## ৩বা কাংলুপ—অঙাংবা মচু

## ফাষ্ট এইদর—First aider



১। লু-হেম্না অশোকপা মকম অমা শেংদোকপা খঙগনি।

২। খুৎ অমা অমম্বুং খুৎউদা শোকপা অমা বেণ্ডেজ পুনবা অমম্বুং পাম্বোমদা নীংথীনা কী য়ানবা তমগনি।

৩। মাংতোন্দা নাম্বি তাবা লেপহন্নবা ময়ম থওনবা য়েংনগনি।

৪। কীদা মৈ য়াইবা মুথৎদবা ময়ম থংগনি অমসুং মৈ হায়কেং চাকপা অমসুং ঈশিংনা পোকপা লাইয়েংবা হৈননবা হেৎনগনি।

৫। অহল লমনশিংবু মতেং পাংননবা কৌবগী ময়ম থওগনি।

৬। করিগুম্বা থুকলাওবা রাম্বগী শেবা তৌনব ময়ম থওগনি।

## লমজিংবা – Guide



১। অচুম্বা অমসুং অশেংবা মাইথৈগে তাকপা ওমগনি করাগুম্বা থওদবা মী অমনা লম্বী হংলবদি মতোন্দা নীংথীনা চুম্না লম্বী তাকপীগনি।

২। পুলিস ষ্টেসন, ডাক্তর, কেমিষ্ট, পব্লিক তেলিফোন, মৈ চাকপা কয়বা জগা, রেলরে ষ্টেসন পেত্রোল ষ্টেসন, মোতর গেরেজ অমসুং হোটেলগী মফম অমসুং অরাপ্পা থংগনি।

৩। কয়গ্না মৈ চাকপা কননবা মফম পুলিস, অমসুং এম্বু- লেন্সবু কৌবা থওগনি।

৪। সহয়দা করিগুম্বা বসগী নম্বর লৈরবদি য়ামত্রবদা রুত অনিদগী য়ামত্রবদ মরি ফাওবা থংনমকা য়েংনগনি।

লরাইদা লম অতগী বসগী লম্বী' থওগনি।

### ইমুং নিংথীনা থম্বা—House orderly



চা চকু অমদা লোনবা, য়েক্রুম ভোম্বা অমস্থুং থোংবা, নত্রগা ফুংগা কমুং শেম্বা, কোললিক কেংদোকপা মিহুৎথোং অমস্থুং পৃথ্রাইগী পোং-চৈ শেংদোকপা, কাশিং-ভোকপা নত্রগা টেবল শেংদোকপা। টেবল অমদা মী অহুম চানবা শেমহুনা থম্বা।

## ৪বা কাংলুপ—অশংবা

### এথ্লেট

মসিগী পরিক্ষা অসি "A" অমস্থুং "B" হায়না অনী থোক্না থায়দোকই। A ক্লাসনা চহি নিপান্দগী তরা কাওবগী কবশিং অদুগা B না চহি তরাদগী তরানিথোইগীনি!



পরিক্ষা মওংদি চপ মানবৈ অদুগা ষ্টেন্দর-দমক খেৎনৈ।

ক্লাস A অমনা মথাগীসি ভোগনি—

(ক) মিটর ১৫দগী লমজেন মতেক সেকেণ্ড ১০ চেনবা।

(খ) মিটর ৭৫ রাংবা চোংবা।

(গ) ১'৮ অশাংবা চোংবা।

(ঘ) মিটর $4\frac{1}{2}$ মরি মথাই রাংবা উপাল অমা নত্রগা মিটর মহুমগী থৌরি অমা কাবা।

(ঙ) ক্রিকেট বোল অমা মিটর ২০ লাপনা হনবা অমসুং মিটর ১০ দগী লংঙকপা বোল অমা ঙকপা।

(চ) করোংচাক য়ুংবা।

ক্লাস B

(ক) মিটর ১৮ গী লমজেল সেকেণ্ড ১০ দা চেনবা।

(খ) মিটর অমগী অৱাংবা চোংবা।

(গ) মিটর 2 শাংবা চোংবা।

(ঘ) মিটর 4½ অৱাংবা উ কাবা মত্রগ মিটর ৩ গী পৌরি কাবা।

(ঙ) ক্রিকেট বোল অমা মিটর ২৭ লাপনা হনবা অমসুং মিটর ১৪ দগী লংঙকপা অমা ঙকপা।

(চ) খুৎনা লৈবাক পাইরগা করোংচাক য়ুংবা।

## ইরোইবা—Swimmer



ইরোইবা মিটর ৮ অমুক্তা লোইবা ঙমগনি ঈশিংদা সেকেণ্ড ৬০ লোংদাও ঙমগনি। তুংহনবা মিটর ১৫ লোইগনি অহুগা ইরোইরিবৈদা ইরুপপন্থ ঙমগনি।

## তিমগী মশান্ন—Team player

হোকি, ফুটবোলগুম্বা মরাম পুননা শাননবা মশাননা অহু য়ায়া লিংথীবা মওংদা শাননগনি। টীম অহু কবমাইরগী মথাগা

লৈগনি। মখোইনা খামজবদা শীংনহুনা তক্তকলক শানলগনি। অদুগা কেপতেন অহুনা প্লেয়ার অহুবু শাননবগী অকনবা পুকতেল চেনবনি হায়না হায়বিগনি।

## একাগাড়ি তোংবা – Cyclist

সাইকল অমা নীংথিবা মওংদা তোংবা শীজিনবা হৈগনি।

সাইকল শেংদোকপা, থাও থাকপা মুংশিং হানবন-চিংবা নীংথিনা থংগনি। অদুগা সাইকল তোংদুনা লম্বীগী খুদম চংকদবা নিয়মশিং অহু পরিক্ষা তৌগনি।

## বেদজ ফংবা— Winning Badges

বেদজ হায়বগী অর্থদি থবক য়াম্না তৌবা মরম অহুনা বেদজ-শিং অহু ফংননবা মহুগা মরী লৈনবা থবক তৌগনি।

## তোতেম পোল—The Totem Pole

কব অমনা কিয়াল মখোক totem pole পুবা য়াই। মসি চৈ অমনি মখোক্তা কৈশাল মকোক অমা য়াওই। য়িবোনশিংনা চৈ অদুদা পুনশিল্লি। অমাং অদুনা থৈশিংবগী বেদজ Proficiency Badge ফংবা থুদিংগী কিয়াল অমমম হাপ্পা য়াই। য়িবোনগী মচুদি ক্রুপকী মচু মহাক্না কংউয়িবা বিষয় অদুগীনি। অকংবা মুপা অদুগী মমিং লেবেন মচা অমদা ইদুনা য়িবোল নপশিললি।

চহি অমদা লোইয়গা য়িং অমনা ভারিক থাহুনা পংথৈ অমা থাইদোক্তুনা থমই। অদুগা অনৌবা লাকপা অহুনা অনৌবা

চহিগী ওই। পেক অহুনা কংউরিবা অতোপ্পা বেদকশিং অহুন্নু হাপচিন্নবা য়াই। পেক অহুদা য়াওরবা অতাং খুদিংগী পুণ্ড্রাইগী য়োৎপি অময়ম থাবন্তু য়াই।

## ৭ শুবা পন্দুপ

উরিনা উপান্দা য়েৎপগুম আইননা নাকন য়েৎরোম ওইরোম-দা কাহুনা থমই। মরমদি ক্রপ অহুগী মপাঙল পেন্না ওই পেকী মপাঙল ক্রপনা ওই।

- কনাগুম্বা অমনা তেন্দরপাদ ওইনা মিং চনবা হৌবদা চাওরবা স্কাউটকী মচিন মনাও ওইবগী কাংলূপতা মিং চল্লে। অহুনা হেন্না খংজিনবা চংশিনবদা ভুংহনবা তৌরোই। অহানবদা স্কাউটকা য়াশক, আইনশিং অহু চৎনব হোৎনহুন অচুম্বা উৎকনি অহুগা পেক অমনা জঙ্গল নয়সরী অমনি। অহুগা ক্রপতি নযাগীদমক্তা খনজগনি অমম্বুং মরয়াই লেপচৈ।

পেককিং অয়োইবা মীটিং অহু লোইয়গা মখাগী অসিগুম্বা তৌগনি :—

পেক অহুনা দেনগী অয়োইবদা পেয়েদ সারকলদগী অয়োই-বদা শাগনি। অমম্বুং অতোপ্পদা হৌয়বনু শাগনি।

| | | |
|---|---|---|
| s | c | C = Cubs. |
| s s | c c | C = C. m. |
| s F S s | c C T c | S = Scouts. |
| s s | c c | S = S. m. |
| s | c | F = Troof flag. |
| | | T = Totem. |

পেক্সা গ্রাম্প হোল কৌই। কবনা কবমাষ্টরগী মমাংদা থং-মরক্তুনা পেকতা মমিং লৈনবা তৌবা য়াওই। কবশিংনা অদুদগী কবকী রাশকশিং অদু হন্জিল হন্জিল হায়দুনা রাশকই। মহাক্কী সিরতা লৈরিবা মী খুদিংমকা মথুং শোক্কে অমম্পুং ময়াইদা হল্লকই। পেক অদুনা মাগী চিরায় অদুম লাওবি। অডাং অদুগা কবমাষ্টরগা লাইন্দা চংলি মতুদা স্কাউট মাস্তরনা মখোইবু ডাইদুনা লৈরমই। কবমাষ্টর অদুনা অডাং অদুবু স্কাউট মাস্তরদা শিন্নে মহাক্কা মাবু অডাং অদুদগী হোরসমুদা পুবিদুনা পেত্রোল লিদরদা পুখোকপি। পেত্রোল লিদর অদুনা কব অদুবু মহাক্কী পেত্রোলদা পুশিনবি। সিরোমোনি অদু ক্রপকী খোল্লাও তৌরগা লোইশিল্লি।

## মথংগী ষ্টেপ

কবশিংনা জঙ্গলদা কোইনা চংপদা অমম্পুং মখোইগী মমিং মনা শিংলগনি অমম্পুং অওকপা পোং কয়া উরগনি। হৌজিক্তি হায়দগী হেন্না চাওরবা স্কাউটীংদা চওলগনি অমম্পুং আকেন্না অমম্পুং পেক্সা মখোইবু গুং হন্তিং ( good hunting ) হায়না খৌগং-লিগনি। মখোইনা পেক্তা লৈথ্রিবা শুক্লি অদু কদোউৱেদম্মু কাও-রোই। করিগুম্বা হুমিং অমুক লাক্লগা কবশিংদা মতেং পাংবিদুনা মখোইগী মমিং মনা শিংহনবদা মতেং পাংগনি।




লোইরবা